OMCHAKNABA MEIKHU (Smoulder s Smoke) a bunch of Poetry in Manipury written by Laitonjam Nilamani Singha, Gournagar Hojai, Published by Sri L Golap Singha Hojai on 23rd April 1987

অফোংব ।— শ্রী এল, গোলাপ সিংহ । প্রেসিডেন্ট
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসাম (হোজাই)

অহানবা ফোংব :— এপ্রিলগী তুমঙ্গন্দাই ১৯৮৭ সং ।
মমল :— লুপা কুন্থ্রা । ফজবা মচুম— লুপা নিথু ।
মথুম য়েকপা — শ্রী শ্যামল ভটাচার্য্য ।
মথুম পুথোকপা :— শ্রী অনিল বৈদ্য ।
খুৎহই নম্ফম :— ভারতী প্রি[illegible] ল.ম[illegible]ং
হকপুম্বা অইবগীনি ।

অইবগী ফোংখ্রবা লাইরিকশিং—

| | | |
|---|---|---|
| ১ । | বাখল মৈরা | (কবিতা ১৯৭৪) |
| ২ । | পুন্সি ঈরা | ( ,, ১৯৮০) |
| ৩ । | ওমচাক্নবা মৈখু | ( ,, ১৯৮৭) |
| ৪ । | পৃথিবী নংস্থ হৌংঙু | (ৱারিমচা ১৯৮০) |
| ৫ । | মগুগী চিরাও তান্নরিদৈ | ( ,, ১৯৮১) |
| ৬ । | লৈচিন নোংফাইবক্রা | ( ,, ১৯৮৪) |
| ৭ । | মালবীকা | (উপন্যাস ১৯৮১) |
| ৮ । | তৌখ্রবা মংলানগী স্মৃতি | ( ,, ১৯৮২) |

বাংলা লোনদা ফোংখ্রবশিং—

| | | |
|---|---|---|
| ৯ । | অভিশপ্ত পৃথিবী | (কবিতা ১৯৮৪) |
| ১০ । | এই আকাশ এই পৃথিবী | ( ,, ১৯৮৫) |
| ১১ । | একটি ছোট নদীর বুকে | ( ,, ১৯৮৬) |

## কৎথোকচবা—

পন্থো মাদি তাইবং থাদোকথ্রবা নোংমা
মচা লৈনা মনিং থুংবা ঙমজখিদ্রবা
ঙসি মহাকমক্কী খুয়া থাদ তন্নান্না
কৎথোকচরি "ওমচাক্কবা মৈখু" ঐনা।

—নীলমণি

## ৱাহৈ থৱদং—

"ওমচাক্লবা মৈথু", ৱাখল্লদগী ময়োল চোংলক্তুনা লৈশাং তম্লকপা শৈরেং চরোংনি। পুন্সিগী মথক্মোইদা লোৎতুনা থম্লকখিবা স্বরগী খোন্থাংনি। লাইরিক-অনংগী তিলনা চিকথত্তুনা ফীভম কায়রক্লবা, অরা-অনান লৈশো ওইরক্তুনা থন্নুংদা লৈশোবুং শোগৎলক্লবা, মহুগী মথক্তা থরাইনা ফয়গা ভাইবংগী খুৎশেমবু মমিং থিংনা য়েংলিডৈ হকাম চল্লকখিবা, মতমমত্তুদা অহিংগী অমম্বনা লক্লখিব, থরাম্মীচাক্লা ইথক্তা মতিক শিংতরকখিবা, পৃথি থুংনা য়েংথোকখিবদা অমোং-অকায় নত্ত করিস্তু ইমিংসিদা উহল্লকখিদবা, মহুশিংহুগী মৈচাক থাংলিডৈ থম্মোই লায়ুম থুংনা চুশল্লকখিবা ওমচাক্লবা মৈথুনি। উনা উনা ফংব ঙমদবা, হীংনা হীংন অশিবগুম থলগল্লক্লবা, অহুরাদি ওইরগা পুন্সিবু মীরাইরুবদি য়াদ, অস্তমক খাংনবা হোৎনবদা অঙাঙ-বগী চোয়রোলগুম্না ঙাংথোরকখিব থরহু স্মৃতিগী লকাদ য়েক-শিনহৌবন, মহুগী মমি থর তাহন্নবা হোৎনজক্লবনি। লৈচন থরদি হান্নবা ফোংদোকচখ্রবনি।

কাবা অসিবু হুংশিবীহুনা মথুম য়েকপীরকপা শ্যামল, মথুম পুথোকপীব অনিল, ফোংদোক্লবা কন্না তক্লবীখিবা শ্যামা, ফোংদোক্লবগী চাউরবা দায়ীত্ব লৌবিরিবা লাইশ্রম গোলাপ অমদি ভারতী প্রিন্টিং প্রেসকী শিন লাংবা কাংবু, মখোই ময়ামগী মফমদা তৌবিমল থংবা উৎচরি।

অফ-ফত্তগী বিচার, অচুম-অরানগী কোকথোং, অপাব-শিংগী মথক্তা থোংগৎনবা হোৎনজরুবগীদমক ঙাকপীগনি। লোইজরে।

গৌরনগর — ময়ামগী—

১৯/৪/৮৭ ইং — লাইতোনজম নীলমণি

# হিরম — লমায়

ওমচাক্লবা মৈথু

খুৎ নিকই থস্মোইগী ওমচাক্লবা মৈখুনা
অমম্বগী তমথির মীৎয়েংনি, পৃথি ঈচিক চিকই
থরাই পান্দ্রবা হক্চাং পোলাওগুম
লাঈথুং পক্লবা নুংশিং তুমিন লেপ্পুনা লৈ
অতিয়াদগী শিন্থরকই পিরাং, অরা পংথোকই অশিবা ঙা
অতুগুম্লবা মতমতুদা, ঐনা শাউনিংবদগী
থোনাউ মেৎতুনা হাংকে তৌকবা অলোনবা শকলোনবু।
খল্লুবগা তু-চুংই, থোদোক খুদিঙমক্কী মীংকী সাক্ষী
অহিঙ অমম্বুং নুংশিং নত্তুনা কনা লৈখিদে
লোংখৎনা ছন্দগী মীনুংশিগা য়ান্নবা থরানদি
ককচেংগুম চৎতুনা লৈ মায়গৈ মরিদা,
তৌইগুম্বসুং মতমতুদা কনাসু হায়খিদে ঙাকপীয়ু
কনাসু হায়খিদে কোনশিন্বীয়ু
অশাউবা, নুঙনাংবদগী ঈ-না হুমাং মরিক ওইরক্কুনা
অহিঙ লিক্লান থুমহৎলবা তিংথামতোনগুম
পুমচোৎ চোংলকখি নূঙগুম্লবা থস্মোই।
হৌজিক ঐদি হাংলবা অতিয়া লোন্না য়েংলিবনি
মৌ অনৌবীবু কন্ননো য়ুমদা পুশিন্নবা।
খুৎ থাঙগৎতুনা কৌরিবনি সত্যম্-শিবম্-সুন্দরম্বু
ঙরাংসু— ঙসিসু খোঞ্জেল অমত্তদা
মাংলমচং পৃথিবীগী মোংলবা মথস্মোই
মৌ অনৌবীগী তৌবিমলনা শেংদোকহন্নবা
অমসুং হান্নগী অমোং-অকায় ময়ামতু
মৈ। মৈশিন্নবা স্মৃতিগী লকাদ।

অহিংগী সমত্রুন্দা

চীক্লবা অহিঙ নুংথক্কা ফম্লগা
মুডাইনা মঙ তম্লিবা সমত্রু য়েংই,
য়েংই পৃথিগা অতিয়াগগা মীৎচান্নবা
সমত্রু ঈথক্কী ককঙাউনরবা জগোই।
য়াম্না লাপ্পা নৈ চীংজাউ পরেং
মচুগী মথম্মোইদা তিনখি সমত্রু ঈপোম
থল্লুই ঈশিং লাইরেম্বীগী নুংশি পাউখোংনি;
ওইবা য়াই ইশামকম্ব ঈরোন্নুংহুদা তিনখিবা।
মতমচুদা—
চীঙ অমস্তুং সমত্রু চীল্লোক্লরম্বদগী
মকা লামনা নুংশি খোন্থাঙ হাপ্লকই ;
লেপখিবা নৈতে শৈশক্কী মীরবা স্থর
নোংমগী কাউঙমদ্রবা পাউদমগুম
চীদিন্নৈ মখোইগী—
ঐদি নুংতিগী থ.ম্মাই শুমহৎপা ঈশৈদু তায়
অচুনা থল্লি চীঙশিংসি
মথক্তা তরক তরক নৈতে—
ঐগুন্না ঈথক্তা তরক-তরক তুমিন ফম্লিবগুম।

পৃথিবীগী থোঁচিনবা

কয়া কুইনা নওবু থীখি— ফঙখিদে
কয়াম্নগী শ্লোগান পিব য়াউরুই— নওদি উখিদে।
নওনা হায়খিবনি অফা-অপুন তুংওইনহুনা
মাঙ থাগংকদবনি অনৌব লমদমগী থোঙজিন্দা
অহুগুম্লবদা মীওইবনা পোক্নরিবা হীঙননবগীদমক।
নওগী কবিতাদ চৈকক থয়মনি
কল্লক মীহৌগী মতিক মগুণ, নাপল
অশেংবা পৃথিবীবু হীঙহন্নবগী রাখল
ঙসিদি য়ুমসিদ করিগীনো মীন কোয়শিল্লক্লি
অরা মৈচাক্লা থল্লবা থম্মোক্ত শিনিংদ্রম্ব শিনরক্লি
ফজরবা লৈকোল থুগাইর মীহাৎনবগী খুৎলাই পৈশিল্লক্লি
শোংলবা নারক্লা মী মাঙহন্নবগী রাতান্নফম ওইরক্লি
উ চুপ্লিবা কনাগী যক্তদা থরাই কৎনিংদবা কয়া
মীহাৎপগী মখুৎত লিৎথোকপা য়াদ থরাই থানরক্লি।
নওনা তম্বীখিবা নত্রা নহান
পোক্লফমবু নুংশিগনি থওদবশিংহু মী নত্তে
চকচাংগী ঈদা লৈবাক মনম য়াউদ্রিবহু দেশত্যাগী নত্তে
নিপা মুপীগী মপোক মায়া সংসারদা ডাউননবা নত্তে
মখোইশিংহু পৃথিবীদা লৈতবগা অমহানি।
নুংদা ইরম্বা ইতিহাস মথরাই পাল্লক্লবনা
পরেং লেংঙিবা সংগ্রামীগী মমিৎত
অঙকপা মীনোক য়াউরক্লে
মসি পুন্নামকসি নওগী কবিতাগী মচাক ওইরম্বনি
নত্রানে······ ?

নঙগী নরক্তা

পুন্সিগী অর্থ খঙবা ঙমদ্রবনি
প্রকৃতিগী মমোন খঙবা ঙমদবাগুম্না
করিগুদসু খল্লি—
ঐসে অদুঙৈগী ঐদো ওইদ্রবরা ?
তৌইগুম্বসুং পৃথিবীদি য়াম্না হোংবগুম তৌরে ।
নঙনা ইবা কবিতাশিংদো,
ময়েক্কী কেকোৎ লোৎপিনি খল্লুবনা
খন্তবগী পাঙ্গল মাঙহল্লুরবনি ।
ওইরম্বা য়াই নঙ হীঙদুনা লৈরিবা
অদুক্কীসু লৈখিবা ওইসনু মতম য়াম্না শাংনা
রাহং কয়াগী পাউখুম থির থিরদুনা
মংলানগী মশিং খুৎ থেক্তুনা শিংথারগা ।
নঙবু নিংশিংলগা ইমোন অসে কন্থৎলকই
কোরৌগী ঈ থাংলবা মঙালগী ঈপোম লাংলগা
হকচাংপুম্বা তেকখৎলক্তুনা আশাগী ময়োল চোংহল্লকই
ঐসু নঙগী নরক্তা হীংদুনা লৈনিংই
শিরুম্নরবা মংলানশিংদু খুৎশেমগী কোমফুদা লংথরগা
অনৌবা লৌচিংগী অনৌবা পুন্সি শেমনিংই ।

খোঙ্খাং হন্না য়ৈরকপা

কুবাক এইনা পায়রক্লম্মী অকঙবা ঙনা
মাঙলং শন্তম ফংলকাদা, অমুকস্থু
লৈ ওইর শিকপ্রকখি শংবাল্লরা নাপীগক্তা
অতিয়া লাম্মকউ পায়খৎখিবা উফূল
পুন্নামক লোইনা লৈক্রক চংপগুম শিকংনৈ ।
ঙনা অমস্তুং উফূলদগী মৈরিক চোংথোরকখি
অচাক-চাক্তগী অঙকপা তাণ্ডব নৃত্যনি
লোখ্রাবীগী অরা-কোকথোঙ খুঙ্গোইনরগা ।
অশিবগী ঈ খোবোম্নরগা খোংলকখি হুইনা
বাংলাদেশ, পেলেষ্টাইন, আফগানিস্থান
চাউখৎলবা অমদমসিদগী থোরক্কুনা লাক্রমই
তৌবিমল খঙদ্রবা হীংচা য়াইতম্নবা শা
অচুম-চুমদা থায়ঙমদা, মীয়ুংশি খঙমদা
চরাম্নৈ মীগী ঈ অমস্তুং হকচাং কয়াংকীদমক
চান্বীহৈবা মগুণদু শিকম্নখি মীওইবগী
মাংলমচৎকী কায়বা য়াদ্রবা ফংদ্রবা লমচংনা
পৎথরবা পৃথিবীগী মথম্মোই কায়না লাউরকখি ।
মরাই লুকথরকখি অতিয়া তরংদা
নোঙধাং কুপ্পকপদা উরকখি লমশিগী মায়থোং
অমস্তুং নিল্লকখি খোঙ্খাং হন্না য়ৈরকপদুনা ।

## থংঙফপা

শামিয়ানাগী মথাদ নারক্কী শা-শিং
মন্ত্রণা শুমহৎলবগুম
রিং মাষ্টারগী মথুংকী ইঙ্গিৎতা
মান হায়বতা য়াহল্লি ।
অতিয়াগী মথাদ ঐখোইস্থ
থবক্লা শুমহৎলবা মীওইঙাক্তনি
করিনা হায়ববু, মরাইবক্তা ইনরম্নবা
বিধিগী হোঙফদ্রবা নোংদম
রিং মাষ্টারগী খুদোন্নীদনি ।
থোওইবীদে কনা অমত্ত
অঙাম্টবনা চোয়রোল ঙাংবগুম
শক্লাইদ্রিবা অঙাংন হায়জবা
থম্মোই শোক্লবা রা ,
শীঙথানদে ইচম চম্বা চেনাদ ইনা রারি
বীর শহীদ কত্রাগী পুন্সি কংথোকখিবগী ।
টাইগার হিলদা কোরৌহন্বনা
অহানবা খোঙকাপ থাংলকপদা
কাঞ্চনজঙঘান থম্মোই কংথোকখিবগী প্রেম
মুমিৎলৈ নত্তনা কনান খঙবা ঙম্বগে ?

# মৈরিক

করিনো অমা তৌরক্লে থোংকারকপাগী তাঙ্গাংসিদা
স্থোরদা য়াউরক্লে মীশিংখাওনা ঙায়রকপগী মীনুংশি
ফজরবা মংলান্ন থল্লবা তনৌরবা তিংথৌ মতোনগুম ।
অহিঙচুপ্পা য়ারেল্লকপগী মীন্নাথম্বাল অনিমক মুন্থরক্লে
অতুমক্তুদা করিগীনো খঙ্‌দ থরাক্ত মক্কি উনিংলিবা ,
কদোম্মুদগীনো অমুকস্থু মীরাউথোল অমনা কাঙ্গৈহৌরকই
অরা মৈচাক্কী মীরবা স্থর অমগা লোইননা ,
অহিঙচুপ্পা পুন্সিনা মথক-মথা ওল্ল ফিদম্নকথি
শাগী শাজং লীচংকুম ময়ায় কাববা হীংচাব
পৃথিবী অসিবু ঈশামকীনি থম্বা ঙমহল্লক্তে ।
অরাম-থৌরাংবা, অরা-অনং, মীহিংসা, নমথাক
মৈশা লাংদ্রিবা হকচাং কয়াংকী ওৎ-নৈবা, থল্লি
মখোয়গে করিগী পোৎলোয়খিদে কালগী মথয়াত্তা ?
ঙাকপীহৈংগী অশিববু জয় তৌব ঙম্বগী রাথল লাকই ।
থেঙলগা অহঙ মুনথনরক্লবা অহিঙ, চরাম চতংননা
অরাম্বগী মায়োক্কী শোভাযাত্রা থুগায়বা ঙাক্লবা
শক লাকঙমদ্রবা প্রেতাত্মা অমা
পল্লেপফম থঙদ্রবা অরাবগী, ফোংঙমদ্রবা স্থরনা
নাকোংদা অসিমতং তুমিন্না হায়রগা চংখি—
"শাগংলবা ঈ-গী ঈরাওথোল ফাজিম্বা ঙমগদ্রানে ?"
রাহং অসিবু ঙসি ঙৈহাক লৈত কাউনবা হোৎনরিবনি ।

## ৱাহং

লেঙ-লেঙ লাউনা ফজরবা
থাবল ঈপোমগী অহি,
লৈচিন্না চোংহল্লকই
মশাগী ফীরেপ য়াউরক্তুৱা
চোকথরবী পৃথিবী
মমায় মমিং ইতুক তুকথৈ
অমস্নুং অৱাবগী তমথির মমি তান
মায়কৈ মরিমক
অচিকপগী অচিকপাঙাক্ত ওইরকত।
ভতিয়াগী থাজ ৱা ঙাঙদে
ৱা ঙাঙদে থরাম্মীচাক
নুংশিং লোংলকই
উশালকী উনালক্তা,
অতুমক্তদা
থম্মোই থুমহংনা চাকথ-লকই কিংসা
মৈশা থাংঙমদা লাউরকই
মশা নাম তেক্লবা চেক্লান
থঙদে মান করি থীরিবা ?

চোইজাইনরকপা

অনাবগী মীনোক্তুম মৈশা থাউদ্রবা মুংশা
অয়ুক্কী লৈচিন পোমায় হাংদোক্কুনা
তল্লি-তগি শুন্দ্রংদা অতিয়া লাম্মকই ।
মাগী মুংশি হৈত্রবা মৈরিনা চাকথেক্কুনা
কাথেল্লবা স্মৃতিগী চোইজাইনরবা মৃত্তি
মুংশিংক্কী শল্লুমদা ঈশৈ শৈশকুম তাউরকই ।
খঙহৌদনা কনাননো লাইবক্তা খুদোম্বীনা থিল্লকই
মীকপ থোক্কুনা য়েঙবদ করিস্সু লৈরমদে ঈনাক্তা
টেবুল মথক্কী কবিতাগী শেগায়রবা চেজেং
থোঙনাউ অহোবদা হুমজিল্লকপা মুংশিংনা
মফম মরাঙ খঙহন্দ লৈমায়থক্তা চায়থাইরম্মী ।
অচিকপগী শম্নাঙমতুপ তাঙ্গবা থাঙশাংনা
শক খঙদ্রবা মৃত্তি অমাগুম লরুহুনা
অকিবা পিরম্মী মঙলাক্লবা থম্মোইবু
মহুগী মঙ অহু রাখলনা শাগৎপা ওইরবস্নু
খল্লি করিগী মীচঙ-মীথায় নাইনরিবনো
মীওইবগী মরক্তা অহুক্কী মলোম থম্নবনো ।
চোকথরবী পৃথিগী মথাদ শায়দাংলক্লে
মায়থোঙ লাঙশিল্লবী সন্ধ্যা
মমিৎ লাউনা পাঙলিবা তাইবঙমীবু তুংওইনরগা
মৈশা হাপকৎলকই নোঙ্জহুনস্নু তাকপীহৈদ্রবা পাউনা
মহু থাজব ঙমদ মাঙহনখ্রবগী
চোইজাইনরবা পাউখোঙনি ।

শক লোৎপা

কলন্না অমুক ইরক্তরে— ইরক্লরোই
কাংলি লৌইশ্‌রিনি নত্রগা কংখিবা ওইরিগনি
অতুৱৈ উফুলদা ইরম্বা ইতিহাস অতুস্তু মুৎখরে ।
লায়োইরবা খোঙনাং ৱারি কয়া থংই, স্মৃতি কয়া লোংলি
অতুৱৈগী মল্লবা চোকশিংদু নোংজু মুংশাদ কিন্থরে
হৌঙ্জিকস্তু মখোঙদা শারিৱা লাইশঙগী মনাক্ত পৈরি ।
ৱামোন লৈরম্মী— ঙসিদি লৈতরে— হয়েংস্তু লৈরক্তবা য়াই
উনা অম্মমদা য়াম্থরি মুংশি খুদোল, চরণামৃত
থুদি মালংবনা হুমদোকখিবা ঙমদ্রি হৌজিকস্তু
চী থৈ মঙালগুম ঙাস্থোইহন্বা অনিশুবা তাবিনবগী মীওই
ঙায়হনা লৈরিবা থাজগল্লবী লাইনিংবীনি ।
মুংতিগী হন্না য়েংঙমদা লেংথৈনখিবা মীওইশিঙগী
মমল য়াউদ্রবা ৱাচোয় মান তায়— মান নিংথিনা থই
অতুবু মহাকুম্না কনান খঙ্বীবগে ? কনাদ হায়রুগদগে ?
পুম্নামকস্তু ওইজতায় মশাগীত খরঙম্বা, হৌদো ল স্থাইবনি ।
হয়েংদি কলমদা কাল হাপ্লনি— ইবা য়ারগনি
মংমদুদদি নীংব কায়রবা চোকুপশিংদো লৈররোই
দঙলবা উনাশিংগী মকা লামদ্রবা মায়থোং উররোই
লৈবাক ওনখুনি— লৈরোম্নুং চনখিহনা
শিরগা তাইবংমীগী হকচাঙ পোলাঙনা লৈবাক ওল্লকপাগুম্না ।

# রা রা লাউবা মনমদো ঙসিন্স

য়াম্না পুক্লিং হুরবা রা রা লাউবা মনম অমা
হকচাংদ শহুম লাংহল্ল
তোঙগী ঈখেঙদা তিল্লকই ।
লৈবাক্কী মনম
লৌমাতনা মশক থঙই
শংবান্নরবা নাপীগী ঈহিং-নাহিঙত্ত
মশাপুস্বা তৈশিল্লগা
ভিয়েটনামগী অঙাংব আতরগোলাপ শাংলি,
ফনেক থোয়দোঙ থোঙলিবীগী
মথোং কারকপগী মশা ঈনথংলকপাগুম,
নত্রগা বিশ্বপ্রেমগী
চাংদম লৈত্রবা পুক্লিং হুরবী কনাগী
খুদোল তমজরকপী অঙাংব আতরগোলাপ ।
চৌংলোন কয়া লান্দুনা লাকখিবা নোংমা
ঙসিন্স
অতিয়াগী পীরাংলক্তা চুমথাং ওইম্লি ।
অহুনা রাখলগী অকম্বা শক্তিগী ঈথক ঈপোম্না
অশি অচঙগী রাজরক্লবা মশাবু হৌদোকলি
অশিবস্থ ঙায়রি পুথম অমতদা চামিন্নরগুম
মতুগী য়াম্না পুক্লিং হুরবা
রা রা লাউবা মনম অতু ঙসিন্স............. ।

# থম্মোইগী অকায়-অতোয়

অতিয়ান মমোনচংনা য়েংহুনা লৈ
পৃথিথক্তা—
তুমিন তায় মাগী থন্নুংদা লৈরিবা
নুংখোল, নুংথঙমখোল,
থম্মোইগী অকায়-অতোয় ।
চ্যকপলদা য়েক্লিবা মফি থোংত্র মৃত্তিনা
ইজ্জৎ মাংহন্নগী দাবী থাংগংলি ,
অমম্বদা মু শাস্বোর হোন্দোকই
ঈরুঞ্জ ফোং-ফোং শাব ঈথেংলক্তা
তিংখঙনা থল্লবা লমলেনবুংদা
মঙগী কা, চিংলগা
থম্মোই শুমহৎপা বাঁশী খোংই
চিন্নানগী অথোৎপদা চিকখাইখিবগী
অনাব থাংই
অহুগী ওইবা তায় হন্নিবাংদো, শান্নিবা
থম্মোই-হকচাং-রাখল
পেণ্ডুলাম অমগী মনুং চাইথন্নকপগী কীরেপতা ।

## কিস্থরকপগী মখোলনি থংঙকপদা

সন্ন্যাসী ওইরক্লবা চ্যেকপলদা মূর্ত্তি অমা য়েক্রম্মী
চৎখিবামথৈ মমোন চংনা লেপ্লুনা য়েংনরম্মী
কনান তথকই ফক্তবদা কনান মীহৌই পায়হুনা
ঐদি চাউথোকচনা তাব্রিবনি ঙসিসু……… ।
মতুগী চ্যেকপল হেজিক্তি মরুভূমিগী মরুদাল্লি
কিস্থবা হৌরে লৈঙোই, চ্যেক্কুপ কান্নব্রবগী থোম্থাং হাপ্লুনা
লৈতরে মূর্ত্তি— লৈতরে স্মৃতি— লৈতরে মুংঙাইবা রাখল
কনানো অমদি মথুৎনা নাম্থোকই
থরাই য়াউব্রদা মূর্ত্তিডু লোন্না ;
থম্মোই লৈতানবগী আরতি থোঞ্জেল তারকথিদরে
চেন্দ্রবা তুরেলদা লুগি লুপ্লি তাউরিবা অহোব হীগুম্না ।
অতুঙৈগী আশীর্ব্বাদ— ঙসিদি অভিশাপ ওইরে
সনা অহিংবা মাল্লবা মায়থোংদা
কাজলগী য়েকশিন্ন্বা শমক্র কদাইদসু লৈখিদরে
হকচাংগী ঈথেংনা ঈশিং
মতুগী মতুং সার য়াউব্রবা লমপাক্তা উফুল
অদুগুম্লবা পরম্পরাগী রীতি-নীতি
চ্যেকপলনা মীশিঙ থাঙলগা ভাক্লবা হোৎনরি ।
পুন্সিনা শেম্মী ইতিহাস— ইতিহাসনা থিব ফংদে পুন্সি
অতুম্মকপু ঐদি মীৎতাংলবা হৌখ্রবু লংথোক্লমগা
মঙলানচানগী রাজকুমারীবু ইমাঙদ য়েঙনবা হোৎনরি
চাগী মৈথু কারকপদা চীঙগী লৈনম য়াউরে থংঙক্লুনা ।

তুমত্তনা লৈরিবা অশিবগী মশাগ
করি করিনো রা-তান্নবগা পায়খি তন্দম ।
অশিবা অদু ঈ ওরম্বনি
সঙ্গিন্না থিনখিবগী দাগ
মশাগী মফম কয়াদ লৈ ,
মাগী ঈ অত্তেকপদু নাপী মকাদ পক্লি
মীওইবগীদমক আন্দোলন তৌবদা
মথরাই থাব তাখিবনি ।
মাস্থ মঙ মংলম্মী
পলেমগী মন্নাইবক্তা চন্দোন থিনদিগনি
ঙৈহাক্কী মমাংমত্তুদনি
কয়াগী শাথিনা দণ্ডি পীবিখিবা
মাদি থংই পুস্নিগী অর্থ কৎথোকপা নত্তে
মশাদ কয়াগী অনাব ফাউডুনসু হায়দোক্তে
মথংম্মাইদা লোৎলিবা লৈনমদু চায়থোক্তে
মহাক্লা রাশক্তুনা চংখি অমুক্তা কল্লকখিনি ।
মাগী মথরাইনা, অরা কোকথোংনরিবা
নোং মরক্তা তিনখরে
পৃথিবীদগী যাম্না নেম্না পায় মতুগী নোং ।

## মখোল অমা

থেংলবা অহিং
অচিকপা থুগায়রম্মী মখোল অমনা
মতমদু অতিয়া মোং হাদে, পৃথিবী নাচুংদে
ইমুং-মনুং ইচিক চিকই
অশংবা নাপী মকাদ
অচিকপগী মশিং থিঙমদ্রবা লৈইনি
অথাপ্পগী চীংদা থরাই পান্দ্রবগী মায়থোংনি।
তৌইগুম্বম্বুং মদুগী মখোল অদুনা
মীকপ তাল্লিবা মলেমদা তমথির খু'লাই থারকই
লুনা তৌজরবী অমম্বগী মথানুংদা
শিংথাঙমদ্রবগী অশিব চরাঙনি
থক-থক নিকহল্লকই,
মদুগী অপুম্বা মনম্না মবুক থলহল্লবা নুংশিকী,
মংগুম্না থল্লকই মাগী অর্থ চেন্দ্রবা খোল্লাউদু।
লম্মাংনরবা নোং থর
লৈফম থিরকখি মীৎয়েংগী অসোম য়াংদ
বুদ্ধি লৌশিং মাংলবা
মদুগী অকায়বা মখোলগী ঈথক্লা
খুৎ হম্বগী য়ারেপ্লম্বদু থুগায়রকখি।
মদুগী মখোল অদু হৌজিকসু ঐগী থম্মোইদা
খোম্থাং হন্না য়ৈরক্তুনা তাহল্লি।

## ইতিহাস অমা

চিন্নবা অহিংগী অমম্বদা
পৃথিবী কপ্লম্মী
কপ্লম্মী- শরু কাউগৎলবা
দিহে কয়ান লেপ্তুনা
অহিং য়ারেকপী মকুগী মীনোক্তা ।
ককচেংশিংনা
সঙ্গতিম্নবা— সঙ্গতিম্নবা হায়না লাউর
ককঙাউননা থরাই থানরক্লি
অহিংগী লাইরেম্বীদা খুদোল তম্লকই
মৈবুলগী ঈ-মুক ঙাংলবা শমজিরৈ
মরক-মরক্তা নোংথাংনা
তৌবিমল থংবা উৎলকই
অতিয়া অমুক্তা ফীরুক খুম্লকই
অকুংবা নোংগী অমুবা শম্লাংনা ।
তথোংনা ঙাংলবা লৈরাং অমনা চেগী
মীমুংশি উৎলকই লোন্না
হীংবগী মমি লৈরক্ত্রবা ককচেঙশিঙহুপা ,
লেপ্নগা কোয়না থিরকথি—
অর্জ্জুন নওনা কুন্তীগী
"হায়দোকখিদ্রবা রাকমগুম্বা"
ইতিহাস অমা !

## কৃষ্ণচূড়া

কৃষ্ণচূড়া শাম্বীগী মরুমদা অমুবা মমি অমা
মহু পাল্লবা তাংজ লিলহা ওইরকই ।
অহিঙ লাইরেম্বী মীকপ থোক্তে— পৃথিবী নাচুংদে
থোঁশাদে কৃষ্ণচূড়া শাম্বী
মুংশাম্বোর মপী হোন্দোক্তুনা মশা। তয়াংনবা হোৎনদে ।
অমুবা মমিগী মীরুমদি অদুম্মক
শন্দোকপা হৌরক্লি নোংম-নোংমগী শাক্লা
মাগী করাম্নবা মীনোক লোংলি উনালক্লা
অমম্মং মাগী অপাইবা থরাইনা থি
বৃত্ত অদুমক্তগী মমুংদ লৈব বিন্দু অদু
অদুগুম্নবগী চাংজো ফংঙমদ্রবদু, খোংবান্দা
তাদুনা লৈরিবা শেগায়বা ফীজেৎনা য়োমদুনা ।
অদুগী পৃথিবীনা কপ্লি ওসি— কপ্লি কৃষ্ণচূড়া
হীংচা য়াইতম্নবা মমিদুগী লাকঙমদ্রবা মূর্তিদুদা
শিংন-শান মাংহয়া ওম্বগী শকলোন উরক্তুনা ।
অদুমক্তদা তাইবংমীদি থোঁশাদে, নাচুংদে
করিনো থম্মদে মশাদ থাংকম তারবা লমচৎশম্ম ।
কৃষ্ণচূড়া ! নমিৎ চেজেৎ উইশিন্দুনা নঙনা
অতৈ করানিগা খাংখিগদৌরিবগে
অম্মম তৌন অদুম্মক............. ?

পামজরম্বা ঐগী

ঙরাং ঐ করি ওইরম্বা কাউখরে
নিংথৌ, ভিক্ষানিবা, লৌমী নিংশিংদরে
অদুবু লোইনবাশিংদুদি তাদুনা লৈ
মণ্ডক ভংলগা উফুল মরক্তা ।
থাদোক্লখিবগা অরা-অনা কাউথোকখি
পস্থু ক্রমস্থু থংণ্ডকখিদে
কদাইদা চংকনি, করিগৌগনি, করিস্থ থংঙক্কে ।
ঐবুস্থ মথোইগুম্না থিদুনা লৈরি
ঐ থংই ঐনা লোংতুনা ফংহন্দনবা হোংনরস্থ
নোংমদি শোইদনা মথোইগী মথুক্তা তারকনি
অদুবু পৃথিবীদি ঙহাক্কী ওইরবস্থ
থক-থক নিক্তুনা থাংলকনি
মরমদি ঐগী শিব ঐনা উবা ফংগনি
মথোইগী লীচং শাজং ঐনা নীংথিনা থংই ।
ঙরাং মকোক য়াউদবা পোলোয়খিবশিংদো
অহিংবা মীগুম্না মমিং অনি তকং-তকং পাংথি,
অদুম্নামক ওইদুনস্থ ঈখেংগী মৈরিক্তা
অরোইবগী ওইনা ইরুপতুনা চংথিনি
অশিবগী রাখল থাদোক্তুনা ।

## স্মৃতি

আদগী অথাপ্পদা লেপ্লিবা মী অসি
মরোল থোক্তবা নত্তে, অঙাউবস্থ নত্তে মহাক
থম্মোই লাইপন হেনগৎলক্কুনা ককঙাউনরবনি
থরাই মঙা কৌথোকপা ঙম্বগী শহুম লাংহুনা ।
চাকখৎলকই মৈরিক কয়া চোঙশিল্লক্কুনা মমিৎত
মতমক্তা তেংবাঙই লোন্না স্থর হাপ্লিবা বিপ্লবকী শৈহেক্তা।
মহাক্কী বসন্তদা শাৎলি অঙাংবা আতরগোলাপ
লৈনমহুনা শুমহৎকদগী হোৎনৈ পৃথিপুম্বগী মীকপ
নোকপা ঙমদে পুক্লিং পেন্না শক থঙবা য়াউদবনা
থম্মোইস্থ শিন্ননিংদে অত্তোপ্পা কনাগী মফমদা
লৈনাঙ শারবা মাগী রাথল সমক্রদা ঈকপ্লিংদবনা
লৈচিনগুম্ন শেঙফাত্রবা কনাগী শকলোন্না
থম্মোই কাঈহনগদগী হোৎনরক্রবস্থ
অরেম্বদা মতম মাঙহংদে মহুগী রাথলদা
অহুতগী মহাক থম্মোই পান্দবা নূঙগী মূর্ত্তিনি ।
তত্তনা থীহুনা লৈ অনৌব য়াওলগী লুচিংবা
মাগী মচিন্বান্দ অমৃতগুম্নবা মন্ত্র দীক্ষা পীহুনা
পোলেপফম খংদ্রবা মৈচাক কাউথোকহন্নবা
মায়কৈ শলায় থঙদ লেপ্তুনা চৎতুনা লৈ
বিদ্রোহীগী মমোন্দু থোইনা লিংজেন থাননবা
ঈহিঙ-নাহিঙ শারবা হকচাঙগী মীপাইরবা থরাই মঙা
অচিকপদা লোন্না ফাজিন-পুনশিন্নবা হোৎনৈ
নমথাক্লা শুমহৎতুনা ঈরোল্লুঙ চনখিদ্রিদৈ
মতমহুদা মঙগ্রেম্নরম্বা স্মৃতি মঙফাউনরম্মী ঐহাকী ।

## পৃথিবীগী ঈশৈ

পৃথিবীগী মথম্মোইদা তাউই লৈগী লৈনম
নোংথক্তা নোঙথাং- অতিয়াদ থা থরান
অতুমক্তদা লৈঙোইনুঙদা
লোংতুনা লৈ কক্ত তুরেল
চহীগী মতুং চহী, যুগকী মতুং যুগ
হৃপুরবী আগ্নেয়গিরিগী মরোল থোক্ত্রবা মূর্ত্তিশুম ।
ভৌইগুম্বস্নুং কোরৌনা পৃথিদা চাম্বথায় মৈ
মহুগী মৈরিক্তগী চোঙথোরকই
মশিঙ নাইত্রবা প্রলয় মৈরি
"আণবিক ক্ষেপণাস্ত্র" হায়না শক থঙনহন্দুনা ।
করম্বা মচিঙ হৌরক্তুনা
পৃথিবীগী মুঙাইবা মুল্লকথিদা
হিরোসিমা নাগাসাকিগী
লাঈথুং পক্লবা লমলেন্বুং নত্তনা
কনানম্বু থংনদে— মহুগী মর্ম, মহুগী মৈচাক
মহুগীদমক ওইরিগনি, কোরৌগী
মথম্মোইদা লোংলিবা চুমথাংগী সপ্তরথী ।

## মাঙখ্রোইদবা মংলান

ঐবু মৈ থাঁদোক্লুনা উৎ ওলহল্লো
নত্রগা অথোংপা লৈনুঙদা ফুমজিল্লো
ঐনা পাম্মী ঐগী শিথ্রগী মতুংদস্মু হীঙব
পৃথিবীগী-অফা-অপুন্নবা-মফমসিদা ।
হোৎ্থবনা করিনো, লাকদবনা করি থঙদে
মায়-মীৎ পাঙহনথিবা পৃথিমক্ন্সু শক থঙবিদ্রে
নমথিবগী নমথিবঙাক্ত, লাল্ট খোঙবগা ।
লাক্রমথিব লম্বীতুদা অমুক হল্লগা
ইশাগী পরিচয় ফঙবা হুমিৎ অতুদা
কনানস্মু ঐগী শক থঙবা উন্নরোই
মফম মফমদা লৈররোই অশিবগী চরাংনব,
পুন্নামকস্মু পুন্সিগীদমক মচেৎ-মচেৎ শেগায়র শান্নবনী
মোন্না শোঁদোকথিবগুম মায়কৈপুম্বা
অকায় অতোয়ঙাক্তনি ,
ঐনা পাম্মী ঐগী খোঞ্জেলনা পুন্নামক পুনশিনহন্বা
অহোবপুম্বা লৈহন্দ অতিয়া অমস্মুং পৃথিবীদা
মীওইবগী অশেংবা মগুনতু শরুক থুংবিবা
খোম্থাংদ কায়খিত্রবা রাখলগী অচেৎপা রারেপ
মশাদ অপাম-নুংশিগী কোরৌগুন্নবা মঙাল ,
কাউথ্রসমু হীংসাগী চোয়রোল
থাদ পৃথিবী থক্ত পুকচেল তপ্পা অতিয়া সাক্ষী থম্নগা
অস্মুম হায়না শেমগৎলসমু মাঙখ্রোইদবা মংলান ।

## পৃথিবীগী মকমদা হীংনিংবগী প্রেম

মলেম লৈমায়থক্তা কেল্লকই অমম্বা
অলুবদগী থোইনা লুবদা
অহাংবগী মরক
লম্বী মপান্দা মী অমা
কয়া কুইনদগী লেপল্লপা
স্বোয় থবেৎ-থবেৎ হোল্ল হায়রকই—
"বাবু ! পৈশা ভয়াতং পীবিরম্মু, বাবু ?"
মহাক অতু হৌজিক খোঙ লম্বীদা
অকঙবা উগুম তাতুনা লৈ
করয়া মুথৎকনি অবাবা ময়ামতু
পৃথিবী অসিদি চীংথকুম্না অকুৎ-অতোং নায়
মনাক্ত চংশিল্লিমখৈ
অতুকী মশক থীন উই
হয়াও ভয়াম্বগী শকক
কদাইদম্ব লৈতবগুম তৌই ।
শিননবগী ছু অভিয়াদ চায়থংলি
অতুমক্তদা খল্লি
পুন্সি— পুন্সিগা শিন্নরপা কংবা ওম্মী
পিল্লবা বাখলগী
ইশাবু হীংহন্দুনা থম্বা ওম্বাগুয়া ।

## লাংতক্লববা পুন্সিগী লান

শাংলবা নুংশাম্বোর মপী হোন্দোরকই অহিংদা পৃথিবী
য়েংলুক্দা উরকই অচিকপগী অচিকপা মায়কৈ মরিমক
শংবান্নবা নাপীগী মথাদ চোংলম্মী অশিবা চরাঙ মশা
নোংথক্তগী তাহল্লকই থরাম্মীচাক্কী বাঁশী স্বুর
পুমঙাউ-ঙাউহল্লকই মংলান্না, সনাগী শজী।
তোইগুস্বস্বং অরাং-অপাগী মায়োক্তা থুগায়-খোংকায়রবা
চাকচা-কীজেং, কুমলৈনা ওইর অরাবন। ফুম্বংনরবদা
য়োংহবা ঙমদে হায়বগী খেংনবা থমদে অহিং নুংথিলগী।
লৈরাং লিশিংগী লৈমন চেল্লবী তথোংলবীনা
মংলানগী থোঙ থুদেক্তুনা চংহল্লকই খোম্থোক
পিথোক-পিশিনগী চাউথোকচনিংবা রাথল
তথক্লবা মীংস্না অনিমক অরাবনা মশাগী ওইহল্লকই
কোৌবদা তারবস্থ ভাব লাম্বা কংহল্লক্তবদগী।
অহিংগী মকুনা শেংতুনা চারকই মখোইগী থরাই
থম্মোইগী লোন খংঙমদে হায়বগী
পুন্সিচুপ্পা খেংনরি লাংতক্লববা লুন্সিগী লান।

## ইরোমদোম

লাল্লবা থরগী মরাল শীবগী মরম নঙ থঙই
নঙদি য়ারগে খন্দে, লাল্লবনি হায়হন্নিংদে
করিনা দণ্ডি পিগনি থঙই
অশোয়বা থরদি নঙ থঙই
নঙদি ভমগে খন্দে, শোয়খ্রবনি হায়দোক্কিংদে
করিনা কোক নোনবা ভারক্কনি ।
অথোই অহেন থরগী মায় য়েংবা পামই
মসিশি সে ঈশিংদা লংথনিংদে
নমোন চরাঙনৈ
করিনা স্মৃতিগী মথম্মোইদা লোংখিবা য়াই ,
হৌজিক্তি নঙসে ঙাকপিংগী মতিক চাদ্রবনি
করিস্নু ঙমাখিদ্রবগী কৈফিয়ৎ পিব তাগনি
চিংনবা লৈতনা
নরোমদোম্নু তলোনবা লুহুপনা
খুমজিন্দুনা থম্বগী মরম
কদায়দনো ?



## পৃথিবীগী মফমদা তাইবংমীগী মীয়ুংশি

ঐগী মাঙদ কনা কনা চৎখিবা ঐ খণ্ডদে
তুংঙদা কনা কনা লাক্লিবা মতম্ ঐ খণ্ডদে
ঐগী ইথোদাং ঐ খণ্ডই, মতমগী মমল খণ্ডই ।
ময়াম তানবা লাউবনি তাশিন্নখিদে কনামত্তা
কয়াম্না ঙায় ইতিহাসনা তাইবঙমী ঙায়নগুম
ফুম্বংনরবা থম্মোইগী চেংল কিশি থোক্তোকমীন্নবা ,
মীৎতাংলবা ইরাইবকী আন্দোলনগী খোল্লাও তানবা
অলোনবা থেংঙ থুদেকপগী মথৌ তারোয়
অতুবু অশেংবা থম্মোইতুবুদি থাগৎতবা ঙমদে
ঙুং-ঙুং ঙংলবস্থ ফোওইবীদ মোরান
ঈথেংগী সার হাপ্তুনা লৈগনি তত্তনা
মতম চায়-চাদে থল্লুবা লৈত করিগুম্বদা ।
পৃথিবীসিদা তাইবঙমীগী মীয়ুংশি য়াম্না রাংলক্লে
মীওইবনা কাউথোরখরে
অরেম্বদা ঈ-গী লমন তোনশিন্নবনি
মীওইববু মুংশিনবা হোৎনবদি মীওইবগী মথৌনি ।

## শজীবুগী অহাঙ্মা মুমিত্তা

শজীবুগী শাগৎলবা অতিয়া
ওসি লৈখিদরে থম্মোইদা
পেনগন্দবা, চানিং থক্লিংবা
মাংথরে কান্নত্রবগী মৈখু চুশন্দুনা।
ইমোনগী শগোল চেল্লি
ফিরাল থাংগৎতুনা
ঈথেংনা হুগুয়া চোৎলক্লবা
অমোৎপগী মরক্তা।

অদুবু ওইথোক্কবদি নত্তে
প্রকৃতিনা শাসন তৌরকনি
শরুগী পোলাও ওইরবা হকচাং।
মপান নাইত্রবা সোরারেনগী
ককওাউনরবা মুংশিৎ
অতোপ্পা লম্বী থিরকই
থম্মোই-লকা খুদিংদা
চেপথর য়েংদুনা লৈ
অয়ুক ওস্তা মীকপ থোক্লরকপগী
মমিৎ পাংথোক্লরকপা।

ঐগী ইমোনদা

মুমিৎ তারকদোরে। তাংগ্রানয়বা অতিয়া
গুনহৎলকই থম্মোই ,
মশিং থিঙমত্রবা প্রেম থমুংদা লোৎলগা।
খুদোংথীরবা মূর্তি অমা
লোন্না লৈফম থিরক্রমই মঙালগী
নোংজাহীনা মবুক থলহল্লবা তুরেল ঈচাউরক্কনা
জ্ঞান মাংদুনা শিথরবা স্মৃতিদা
তনৌ তনৌরবা ঈহৌ অমা তমহল্লকই।
হৌজক্তি মতম লৈরক্তবে
মীৎ অনিশিস্থ অস্থম অস্থম খুজিল্লক্লে
অমস্থদি কন্না লগজেন তান্নরম্মী
অতিয়াগুন্না ইতুংদা পরম পরম ঈম্নদুনা।
মতম হৌখি লাক্লিবদি চায়থরকপগী শোস্থরকপনি
ইমোনগী অপাম্বা মাংলকই লোথ্রাবীগী মরাইবকুম।
অত্নমক্তদা থম্মোইদা অঙাংব গোলাপ শাৎলক্তে
মহী য়াউত্রবা গিলাসতা হন্না হন্না চুপ্লগা
হাংলবা ইমোন তুমিন লৈথোরকই তরক-তরক।
পৃথিবী ! নঙদি অমুক্তস্থ পরিচয় তৌহম্বীদ্রে
শক খংনত্রিবা ইতিহাসকা
ইরোমদোমগী মরক্তা ?

## মীওইবগী থম্মোইদা তুংশিল্লী

লেনগী থম্মোইদা শাগৎলি স্মৃতি
থোওনাউ হাংদোক্লুই
মলয়া হুম্লকই তরঙ্গ লৈকোলদা ।
মনা-মনিল নাইত্রবা থম্মোইগী
অঙাংবা গোলাপ কেল্লকই
তিংখঙ ওইনা যুরকই মীৎলু ঈরা
থঙ্গায় চায়রুং অনিদা
অতিয়া, নুংশিৎ, অমম-অঙাম্ব
রায়রুবা মতমগী মূর্তি য়েকই ।
পৃথিবীগী চাকখাউদা লোৎলুবা
হিয়াংগৈগী ইংলবা লিক্লা
মীৎস্না থম্বাল অনিমক্তা চুপ্পকই
দৃশ্যশিংদো কুপশিল্লকখি পীরাংনা ,
অচুমক্তদা চায়থাইখিব স্মৃতিশিং তাউরক্তুনা
ইশাবু লুপহল্লকই মীওইবগী থম্মোইদা ।

## মুথংলগা চংশিল্লকই ঐগী অরাবা

থম্মোইগী মমীং তাংলবা থোঙ থুদেক্তুনা
চংঙকই মীরবা স্থর অমা ।
হকচাংগী অশাব ঈথেংদা চাকথেকই
করিস্থু লৈত্রবা মিত্রংগী কোম্নুংদা
মংলানগী মনেমচা ওইরকই
লম্বোইবগী তবম-তরুম্বা লংথোকথ্রগা
মীকপ থোরকই
লাক্লদোরিবা পুন্সিগী অহাম্বা ঈশৈ খোম্থাং ।
সন্ধ্যারাইরম ইনাক্তগী মঙালনা
লাপনা চংখিব মতমদা
ঐগী মীংস্না থম্বাল অনিমক উইশিল্লকখি
অশুম অস্থুম তপ্না তপ্না ।
খুৎ অনিনা কয়ারক মুথত্তুনস্থু চংশিল্লকই অরাব
অদুমক্তদা থম্মোইদা গোলাপ শাংলকই
কব্বিতাগী মথেক অস্মমমদা লোইনরকই
খংঙমদ্রবা নুংশিবগী
মরোমদোমগী মৈগুল্লবা সমস্থা ।

খুৎথেংনবা

বোমগী মৈথু মনম্না
পৃথিবী রাই চায়বগুম্নকই
মুংঙাইবগী মঙ থুগাইর
পীরাং শিন্থরকই
বলি তৌরমদাইগী হামে মচাগুম ।
চীংদা মৈ— তমদা মৈ
তুরেলদা সমাজগী অমোৎপা
লম্বীদা উফুল
হুগুম্নবগী খোম্লাং মমা ওইবীদা
খোৌরালবা হুইনা শেংল চায় মী ।
অতিয়া অমস্তুং নুংশিৎ নিল খোংই
তুম্না মাংথ্রদবগী খোল্লাউদা ।
পৃথিবী তুমথখিরম্মী
অমম্বগী-অলোম্বা কুয়োম অমগী মনুংদা,
শিকণ্ডনরবা নৃত্তোমূর্ত্তিগী
অঙকপগী আলিঙ্গন্নি
পুন্সিগী মহুত্তা পান্নিমাল্লে
খোৎন-নৌন হৌগৎলক্লিবা পুন্সিগী
খুৎথেঙনবদা নীংহল্লবা কাংবু অমা ।

# মংলানচানগী তুরেলদা

তুরেলগী মথম্মোইদা স্কেস য়েক্লগা
মনিং থুংদ্রিবা মীংকী মীংয়েং থম্লিবনি
তেরাককচেংগুমা শুক্লা মম্লবতু লাম্হোক্লগা
শিরুম্নরবা অতিয়াগী মখাদ লমচংপনি ঐ।
হে লমচংপা! ধন্যনি নহাক—
মং থীরি মন্নুং মতম য়োদ লমথাংদ পুন্সিগী
পং-পুমগদোরবা থম্মোইদা লোক্তুনা থম্লম্বা প্রেম
খুদোংচাদনা খুন কোঙখিবা খুঙ্গংগী মথম্মোইদা
শরুক থুংবিনবা থবাই য়াউনা হোংনরি
ভাব তাদবা রাখলগী
অলোনবা খোঙকাপকী মনিল তাবদা
তাইবংগী মীনুংশিবু
পাথনা চেনখিনবা হৈজিল্লী তুরেল ঈরোম্নুংদা।
থা তরা নাউপুরক্লবা মচাগুম
কয়াগী লুনা-চান্ন তোকহ
কৃষ্ণচূড়া পাম্বীগী মখাদ খোঙ কনখোক্লগা
লৈচিন নোংফাই মরক
লৈঙোই চোচোবীগী মথক্তা শাগংখিবা
নুঙজেংগী মূর্ত্তি অহু য়েক্লহনা।

ইশৈ পালা

ঐ লেপ্তুনা লৈ সঙ্গ লৈতবা অমম্বগা
পৃথিবীগী থুদোল পুম্নামক তুংওইনরগা
ঐ তুমিন খল্লি
ফংঙমদ্রবা অপাম্বগী
মতমগী মকোক-মমৈ খংদ মথৌদাংদ
লাঞ্জং চংলিবা লাম্মীনা
পোংথাব পাম্বগুম ।
কনাগুম্বনা হকচাংদ থেংলক্লবদি
বজ্রনা থাব মীগুম্না তুথখিনি মলেমথক্তা
মমাংঙৈগী পাপ চেন্দ্রিবা অঙাং মতম
প্রেমগী কল্লাং রাংম লাম্থোকখিদুনা
তুমিন লেপ্লগা য়েংই ।
অদুনা পীরাংনদ্রিবা তৌবিমলবু হোদোক্লিবনি
মসিগী অরাবগা অকায়বা মচেৎনা
স্বর্গগী আম্মাবু শোকহম্বা ঙমহন্বীদনবা
থমুংদা লোৎশিনখিদনবা
মংলানগুম্লবা পুন্সিগী
হম্না য়ৈরকপা থোম্হাং ।

হংনিংঙকপা

মনিং তম্নবগী অত্তিয়াদা
মশিং থিঙমন্ত্রবগী থবান মরক্তা
　　য়েক্লুই মূর্ত্তি— থংদে কনাগী ওইরিগবা ?
চিক্লবা অহিংগী অমম্বদা
মলয়া নুংশিংকী ঈপোমদা
　　তায়ন্মী ঈশৈ— থংদে কনান্ শক্লিবা ?
করিমত্তা ফংখিদরে পরিচয় অশেংবা
থিরুরিবা খুদিংমক ওইরে অহাংবা
　　মতুগী মৈচাক্লা ওইরকই ফী থোংদবা
ওমচাক্লবা মৈশা অমস্তুং রাখলনা
পুন্সি মাংহন্নবগী লৈথোম লৈনাঙদা
　　থংদে করিগী তান্তরি মীকুপকী মীহৌয়গা ?
থক্তা য়েংখংল শুমহৎপগী মীকুপ মশিং থি
খল্লি অমস্তুং নোকই মতুগী নুমিৎ শিংদুগী
　　প্রেমগী কোমফুদা ওন্থুনা চম্মৈয়ে ঊৈহাক্কী
অহুনা অমম্বগী ফীজংদা লেপ্পগা ঙসি
ইশাবু ইশান থাজব ঙমদ হংলিবনি
　　করিগী মরম লৈত, মফম থংদ মঙ থুগাইরি ?
ঐদি খল্লিবনি অরেম্বদা নহারোলশিংসিনা
হয়াওবগী মীনোক্তা থরাই হকচাং লুপহল্লগা
　　অমোংপা লম্বীসিদা মথোইনা কদাইদনি চংলিবা ?

কবিতা ঐগী

টেবুলদা চে, খুৎতা কলম
কবিতাগী ময়েক শান্নবুনা লৈ
লম্বাই-লেতোন্দা ফুম্বৃংননা
চেনাগী মথাদ তুম্লম্মী শব্দ ।
মতম কুইনদগী থলহল্লকপা রাখলনা
অহিং চুপ্পা তুমহল্লক্তে
ছন্দ য়াউদ্রবা কবিতাবু
কবিতাগী ফীভম লাকশিন্ননবা ,
তৌইগুম্বস্তু
কবিতাগী শিব পাম্মী
মৈশা লাংদ্রিবা মথম্মোইগী কপ্পা তাদ্রি
অদুবু
মমোনগী রারোল থরদি থ বা উম্মী
ফয়া ফম্না মঙ মংই লৈগী মেলাগী ।
অহঙবু ফাত্তুনা থম্বগী রাখল
অরেম্বা ওইরকই

টেবুলদা চে, খুৎতা কলম
মঙ মংঙক্তে
ঐনা তুমদনা করিনো থর থল্লিবা অদুম্ব
করিমত্তা থংখিদরে ।

খোৌয়াংলবগী খুজোক অমতং

তেয়া পাম্বীদা শাংলি ঈ-মুক ঙাংব লৈ
প্রকৃতিগী অসিগুম্নবা শক্তম
কৈদৌঙৈদসু ওইথোক্তবা নত্তে
খোৌয়াংলবা হুইগী থম্মোই মবেম্মাগুম্মী
নত্রগা হীংচাবগী ঈ তোংলবা মচিম্মানগুম্মী।
মীয়োল্লবী নোঙ কপ্পী নোংথক্তা
খোৌয়াংলবা নোংগোবীনা ঙায়
মাগী মপী শিন্থরকপা
তাইবংগী অসিগুম্নবা নিয়ম
করিগুম্বদসু অহোৎব লৈতে।
মমিং ঈ কারবা নোৎলৈ নুংশিংনা
বন্না হুম্নক্তুনা থুদেক্লকই
লাইর-অনংগী অয়াম-খোৌয়াংব,
ফৎনীৎবা রাথল
মসিগী অরাৎ-অনেমগী
ককঙাউনয়বা তু-খোঙ
মীকুপকী নুংঙাইয়রকপদা মশাবু কাউহল্লি।
অত্তবু কনানসু থংবিদে লৌমীগী মীকপ
অফৎ-ফংদগী হকচাং কয়াংকী লৌতানবা
ফৌবুল মপুনগী ময়ক্তা কিতুনা লোংলিবা
কোয়ৌগী ফোঙ-ফোঙ শাব ময়াক।

## কদাইদা চৎকনি

সন্ধ্যারাইরম অশংবা সোরারেনগী
মীনোক্তা
থোৎলবা লৈরাংগী লৈনম
মায়কৈ মরিমক য়েল্লক্তুনা
পুন্সি লোইনবীগুম মালংবা
য়াম্না লুনা তৌরম্মী ।
কান্নদ্রবগী মৈরিনা পুন্সি চাকথেক্লক্লবস্থ
লোংখ্রবা স্মৃতি নিংশিংলগা
নুংঙাইবা ফংলকপগুম
অঙাউবগী মীনোক্লুম নোকই
শিরুম্নরক্লবা মতমদস্থ ।
মমাংঙৈগী অঙাং ওইরিঙৈ ঈশৈনা
অরাম খোঁরাঙলবা থরাইদ
আশাগী শিদহিদাক শিন্নরকই
শঙবান্নরবা মচু শঙলকই ;
অতুমক্তদা হৌখ্রবু
অশঙবগুম নোথহস্বা ঙমদে হায়বগী
তুমিন্না লেপ্তুনা খল্লিবনি
কদাইদা চৎসিগে
বর্ণন তৌবগী লোইথমদ্রবা
মুমিৎকী শগোল লম্বীসিদ......... ?

নঙবু নিংশিংলকই

অহন হায়বসিদি অকেনবা ষ্টনাগুম্বনি
মৈশা ফংবদা হরাওনা জগোই শায় ।
খরাঙ তেক্লে পোৎলুম পুবদা
শেগায়বা ফুরিংকুম থৌশাদ্রবা হকচাংগী,
চুমদ্রিঙগী অহাংবা লম্বী চৎনিংঙুদে
মৈঙালনা ঐবু ওইহল্লি সঙ্গ লৈতবা
হকচাংগী মথক্তা খাংঙমদ্রবা ওৎ-নৈবনি ।
মীৎকী পীনা তাংউহন্না ঙমদে প্রেম
তাউরক্লিবদি মৈগী মৈবুল
মতুনা চাকথেরককই তাঙগোয় ওন্না
ইতিহাসকী লমায় ।
অতুনা ঐনা আশা থম্লীবনি
ঐ নত্তবদা অতৈ লোইনা হীংতুনা লৈব ওইরসনু
মতুগী লম্বী, মতুগী মৈঙাল
মতুগী লী জেন খারবা মমোন
অমম্বুং ক্রি-ক্রি কান্না চাকখৎলক্লিবা
ঈ-মুক ঙাংলবা মৈবুল
ঈ চুপ্লিবা কাংবুগী কৈশুমশঙগী থোঙ
য়ামদ্রবদা অমুক্তা ওইরবসু
থংজিনহৌবদা মতেং ওইননবা ।

লম্বী ঐগী

লম্বী অসি য়াম্না খংনবনি
পামজবমক্তি খঙবা, কিনিঙাই লৈতবা ।
তমজনিংঙাইগী শাজৎ-শাথেকনি
পোৎথাগনি খংদ্রবা খুৎথেক-নাথেকনি
ইমোনদা চিংনবা পোক্তে
অকি-অথঙ নত্রগা নত্তবা ব্রাখল
মাগী মী কোম্বা ঙম্বগী মীয়ুংশিনা
থম্মোইবু লাইনা জয় তৌব ঙম্বনি ।
থেংলবা অহিং
লম্বীদা কোইচৎ-চংলি হুই অথৌব
মমোন শুমহৎলি ব্রাজরক্রব। লমচৎপা
মাগী তৌবিমল খংবগী মগুন্না ।

তৌইগুম্বম্বুং হৌজিক্তি
লোইনা মথক-মথা ওম্বোকখরে
মুংশিঙমদ্রবা সন্ন্যাসীগী অত্যাচার হেনগৎলক্লে
লৈথিদরে হুইগী ইচঙ থৌব
লম্বীগী ঈকায়খুম্নবা ।
হীংসাগী মায়োক্তা মৈরিক চোংথোরক্লে
লম্বী অসিবু তুক্কচনরে
মীওইবা খুদিংমক্লা ।

মণ্ড

তিংথৌ মরাদ লো'তুনা থল্লি মণ্ড
থম্মোই শুমহৎপা ঈশৈগী ছন্দগা,
চৌংথক্তা চেল্লিবা তুরেল
মা খিনি পুন্সিগী লম্বীদা।
মমিৎ তাণ্ডলবা সোরারেনগী
নো খোঙ মপান্দ নীনি পাম্বগী
মমশি-মমশিরবা মায়থোং উবগা
থল্লকই—কায়নবা হায়বসে অশুক য়াম্না তমথিবরা ?
অতুক্কী মৈচাক পিবরা'?
ঐদি মী লৈতবা মফমদা ডিংতুনা লৈরম্মী নুমিৎ অতু
ফনেক খোইথা থোংজিবী সবুক্তা
যৌবনগী ঈ'খৌ লাংবনা শান্নরপগুম তৌই
ফজবতু ইথাদ পয়গা নোংই
মথোৎ ক'রকপগী
তরংদ যুম শানিংবগী রাথলতু থল্লুবগা।
চহী তরাগী বসন্ত মণ্ডদা তিনখ্রবনি
উরকখিদে মতুগী মথোৎকারকপগী
চৌংথকুম্নবা অকুৎ-অতোঙ
শয়াংদা হৌজিক সনা অহিঙবা মচু মাল্লবা
মুঙথিলগী নিংঙম্মক্ত্রবা মমোন্নি
পুন্সিগী মথৌ চিন্নদা নহা ওইনা পোক হৌরবনি।
অতুনা কান্নদ্রবদগী লৈব ঙম্নক্তা থল্লিবনি
মীরা তাতুনা করিগী মতম মাংহনগদৌরিবনো ?

লুনা তৌজবা

চেনান শাব লৈদা ঈখেঙ তোংলকপদগী
থম্মোই থুক লাউহল্লকই
মমি শাম্লবা পীরাংনা ।
ঐনা পামলুই
থরাইমরি থন্ন মরু হুনখিবা
আশাগী লৈরাং চার
পৃথিবীগী মায়কৈ মরি থুংনা শন্দোকখিবা,
শিল্পী ফাউবা অরা-অনাগী
মফম হোঙখিবা
মসিগী অঙাউবা প্রেমনা
মীহীংসাগী রাখল
মরু ফংনা মাংহল্লগা
লাক্লদৌরিবা হুম্নিং শিংবুমগী
অনৌব থম্মোই লকাদ নীংতম্মা থুপ্লকপা ।
কয়ান্নগী আশা কোকথোঙনচুনা
অমম্বগী মীরেনবু মায়থীব পীরগা
হুংতিগী সন্ধ্যারাইরম
অতিয়াগী থাজ য়েংলুবনি
মীংলু কোমফু অনিদা
স্মৃতিগী মাংথ্রোইদবা দাগ থম্নিংঙুবনা ।

মুক্তিগী আশাদ

করি কবিগুম্বদা য়াওল-য়াত ঙমদ্রবা অনাবনা
বসন্তগী ঈপোম্লক্তা ভাব ফ ই থম্মোই শুমহৎপা ঈশৈ
অমম্তুং থিব ফংই কবিতাগী ছন্দ।
কবিগুম্বদা কাঈনা মৈশান ওইহল্লকই অহল
শক্লাইরবা মায়থোংদনা মুন্থহল্লি নিদ্রান
ম্লঙশাগী মযাক্তা য়াউরকই লৌন লৈন য়াদ
অপাম ম্লংশিগী তুক্কচরবা হকচাং মনম
তৌইগুম্বস্তু কনাস্তু খঙনদে
মরাইবকথীরবী মমা ওইবীগী মশাদ
করিগী চমথংনরিবা
যেরুবগী ফংএবা ধূপ-থাঙৈম ?
থাঙমদ্রবা মথম্মোইদ।
করিগী কান্নদ্রবগী সনালিক্কোল ?
য়াম্না চাকই। পুঙমদ্রবা মৈচাকনি।
তুফক-তুফাই চল্লবা মীৎলু ঈরা চেম্বরকই
অতুম্মকপু আশাদি থাগোম্নৈ।
মহুম লৈত্রবা উচেকশিংনা
কুপশেৎ শেগায়রকই থম্মোই রাথল
মুক্তিগী কল্লবা আশাদ মীৎলু অনি থুমহৎতুনা।

## কান্নব্রবা মুমিংকী অয়েকপা মূর্তি

মখোল থোক্তনা অমম্বা
ইমাংদ চঙশিল্লকই
অম্বম-অম্বম তুমিন-তুমিন
তুঙলোমদা—
সন্ধ্যাগী য়াচংলক্লবা মূর্তি ।
উইথরক্লবা মুংশ।
অমম্বগী মথম্মোইদা
থরাই লক্লি-লক্লি লোংলকখিবনি,
অণুবু ছন্দ য়াউব্রবা মুংশাগী
অরাব কোক্লগদ্রা থল্লুবা মফমহু
অশিবগী থাদোকফমনি ।
ঐগী চিন্বান অনি
থ্রুক-থ্রুক কংশিল্লক্লে
মীৎস্না থম্বাল অনিগী
মোংলবা পীরাংম্থ
য়ায়া চোকথরবা পুন্সিনি ।
থম্মোইনুংদা চাকথৎলকই
কান্নব্রবা মুমিংকী
অয়েকপা মূর্তি অহুতমক········· ।

## পীরাংনা থুমহৎলবা খোঞ্জেল

বসন্ত কয়া লান্দুনা চৎখরে য়েংনা-য়েংনা
অমম্বদা মীৎ অনি উইশিল্ল নিদ্রাবু কৌন-কৌন,
অচিকপগী তরু-তকরবা মালং ঈপোমলক্তা
খমত্রবা প্রেমগী স্বোর মপী হোন্দোক্লগা কয়ানি,
তৌইগুম্বস্লং হৌজিক্তি—
সন্ধ্যাগী মকোল তম্লকপা চেক্লা ঙাম্বরিবনি ।
খংলমদে কদাইদগী লাক্লিবা, করি হায়রম্বা
অতুম্মক য়েংলকপদগী কয়ম্লনো মুংশিবা পোক্লকপনি
অলোম্বা ইঙ্গিতনা থম্মোই খোইনা খোংহল্লকপনি ।
নহান কাঠগড়াগী বন্দীনা পীরাং থুমহৎলবা খোঞ্জেলদা
রাহং কয়া অম্মমমতা থাংগৎলকখি—
"মীওইবগী ঙাকপী-শেম্বীবগী তৌবিমল অতু
হৌজিক কদাইদা লোৎখ্রবগে ?
পোকপা-শিব লেংত্রবা নোংদমনি মীরাইরিবা করিগী ?"
মুমিৎ অতু পীরাংতনা মকা লামহল্লকখি
অমোৎপনা থুমহৎতুনা পৎ-পুম্নুরবা থম্মোই
চেক্লা শঙ্গুনা সন্ধ্যাগী অতিয়া মকা লামহম্বগুম ।

অস্নম্না থম্নংদা হীংসাগী থৌঙমত্রবা তিল থাজিন্দুনা হীংনা
অশিবগী ফমুং কাহল্লগা মৈ থাদোকপদি
থৌজালহৈবগী মনিং তম্লিংবগী লরুবা নত্রা ?

## লাম্মী লৈফম

সেনাপতি লানফমদা মথরাই থাখরে
মপাঙ্গল থোক্লক্ত্রা লাম্মীনা কাউখরে
মশাদ য়াউরিবা নোঙমৈ ।
হৌজিক লানফম ইচিক-চিক্লে
লাম্মীগী লৈফমদা অকিবগী মশক ওইনা
কায়নবগী মমি তারে
অতোপ্পা কল্পনা জগৎকী
প্রেমিক-প্রেমিকা, অনৌব লবুক্তা
লৈরাং চার লিংগনি কাউথোক্লখিদরে,
মথোইনা থংদে লানফম়দি
থুগাইর-শেমগৎল শান্নবনি
থন্থবা ঙমদে পোকপা শিবগী
অতোপ্পা মমিং অমনা "পুন্সি"ন ।
লমশিগী মথৱাই কয়ান
মৈ ওইরক্তুনা চাকথংলকই
অমম্বগী অম্মম-অম্মম ছন্দ য়াউরক্তে
বসন্ত উৎসবকী থুংফমশিংদু
কায়নবগী সাক্ষী ওইরকই ।
অতুমক্তদা হীংদুনা লৈ স্মৃতিশিং
অনুতাপকী ঈরা মরক্তা ।

ভিক্ষানিবা

ওভারব্রীজকী মথাদ তাদুনা লৈরম্বা
চরাম-চতৎনরবা ভিক্ষা নিবা
শিবগী তাংকম ঙায়তুনম্ব হীংলী হৌজিক
ইংবনা মথোঙ-মথুং থক-থক নিকই
নিকই মশাপুম্বা তাশিন্দুনা
শেগায়রবা বস্তা মচেংতুনা
করিস্ক কান্নরক্কে মঙোন্দা ।
রা থর হায়নিংই— কনাস্ক তাবিদে
করিনো থর চানিংই— কনানস্ক পীবিদে
মাগীদমক কনাগীস্ক মীহুংশি পোক্কে
অতুত নত্তনা ঙাকপীগনি থম্বীদে ।
লাইর-অনংগী তিলনা হকচাংগী ঈথেং
লোইনা চুপথোকখ্রবনি
অনাবনা লাকখরে পাঙ্গল, লৌশিং
মুন্দুনা পুখরে ঙাইজরম্বা মতু মচা চাকতাংবনা ।
করিগুম্বাদস্ক মমিং পাঙথোক্কুনা য়েংই
কোকথক্তা নন্থরক্লিবা ফীভম হোংত্রবা সোরারেন
অমম্বুং কপ্পী কোকথোক-চামথোক য়াত্রবা
অরা মৈশাগী ওমচারুহল্লকপত্থু
থৌজালহৈবগী অসিগুম্বা কল্লবা হৌন-লোনচৎ
মঙোন্দদি চাউরবা চাংয়েং অমগুম থোকলে ।

## পুন্সিগী অতোপ্পা মমিং অমনা অশিবনি

নোঙ মুংশিংকী
ভমথিরবা অকিব মূর্তিদা
থরক চিল্লবা লম্বীগী ভিক্ষানিবা
উপাম্বী অচৌবগী মরুম থুপ্লকই ।
তৌইগুম্বস্নুং চরাম-চতৎনরবা
হৌজিক চারগা হোয়েনগী লৈত্রিবা
হকচাংগী ঈ অতেকপনা শাগৎলবপদা
পুন্সিবু থোইনগী
মমল লৈতবা ওইহল্লকই ।
মীকুপকী চাকখৎলকপা
থাংওমদ্রবা মৈচাক্না
হকচা, কয়াৎকী
তোঙ কয়াদ চংখিত্নুনা
অশিবগী মূর্তি লৌরকই
যায়াম্ন পামজরবা ।
অদুবু ককচেংশিংদুদি হৌজিকস্নু
নোক্না-নোক্না কোয়চৎ চৎলি
মফম অমদগী অমদা অকিবা খংদনা
পোক্লবদি শিরগদবনি খংবদগী ।

পুন্সিচুপ্পগী নুংঙাইবদা

বর্ষাগী নোংনা পৃথিবী মীকপ থোকহল্লকই
ঈশৈ থোন্থাং হাপ্লকই নীথাংকমগী হীহোম্বা
উশাথক্কী উন।লক্তা প্রকৃতিগী শিদহিদাক
নোংগীমরক্তা নোংথাংগী অঙকপা জগোই।
ঋতুরাজগী পুক্লিং হুরবা মংলানগী খুদোল
নুংঙাইরবা আশাদ থম্মোই মরাং হোৎহল্লবা লৌমীগী মমোন
পৃথিবীদা সনাগী মপান শাহন্নব
তরংদা য়ুম শান্নিংবগী কল্পনানি।
অহিং তুমদে। পৃথিবী তুমদে।
চন্নিংতাদ্রব রাথল শংদে। মতমনি নত্তে থংদে।
লাইর-অনং শেমগৎলকই কবি থোয়শাউনতুনা।
অরাব লৈতে, অনাব লৈতে, লৈতে অপাম পামদগী
পুন্সি লাম্হেংগী চাউরবা লালহৌ অমাগুম্না।
লৈফম লৈরক্তে কদাইদস্কু শিল্পী অমতগী
পুক্লিং লৈতাদবা প্রেমগী অরেপ্পা
ঙাংগ্রানবা স্মৃতি শাগৎনবগী;
মথুং থেক্তুনা-শিংথায় থাংমৈ থানথিদ্রবা নুমিৎ শিংবুম
অভিশাপকী মোংকম মশিঙ থীরকই
মতুঙদ মরু হুল্লক্কদৌরিবা লৈরাঙ চারগী।
নুপীগুম্না তুরেলগী মীকুপকী ঈথক ঈহৌরকপদা
পাক চাউরবা রাজ্য শেম্লকই
পুন্সিচুপ্পা নুংঙাইবগী রাথলদ লুপ্পিবা
মীৎলুদা ঈরা পক্তিবা শঙবান্নবা তিঙথোখক্তা।

পল্লেপকম খংদ্রবা তুরেল

তুরেলগী ঈথক ঈহৌরকই
ঈশিং ঈচাউরকই
নীঙথায় লৈরায়— থুদেকই য়ুম-কৈ
নংহল্লি অরা অনা লৈরায় মপান মপান
স্মৃতিগী ফী থোংওক্ত্রবা মশাদ পকশিল্লী।
মীওইবগী শিব মতম লাকই তপ্পা তপ্পা
খেংতোকই লাইবক, কায়নহল্লি নুংশিনবা
রাহৈ খরম্ভ মখাক লৈহোবনা
ককওাউনরবা লেন মপৈগী
মহৌশাগী দৃশ্য শিংন শাহল্লকই,
তুরেলগী ঈচাউনা, শুমচারবা লাইবক
থৌরি কংলবা দিহে
লোইনা মফম-মরাঙ খংহল্লক্তে।
মপান নাইদ্রবা প্রেমদা তাউহল্লি
অহিং নুংথিল থাঈনরমদাই,
অমুবা নুজ্রেংগী স্বোরগা লোইননা
মখুৎ তিঙথোরক্লগা চফম থিরকই—
লৈরায় মপান মপানদা।

## শিথ্রোইদবা পৃথিবী

মুঙশাগী মৈশাদ কাথেল্লবা পৃথি লৈমায়নি
লাপ্না উরি অশিব ঙাগী মমিৎকুম শংলবা অভিয়া,
উপালগী ঙনালক্তা, য়াম্বরি নোংলিক্কী শনরিক পরেং
প্রকৃতিগী মীৎলু ঈয়ান লেঙব অরোইবা খুদোলগুম।
লৌমীগী লেঙবান্দা থোংলি ফৌবুন মপুল মপুল
চৎমম্বদা নাপী হৌত্রবা লৌরিদা তারি খুয়া উফুল
অমম্বদগীসু অকন-অরিশিংনা মথোইশিনমুক
নমথুত্নুনা মুনগদগী হোৎনরি পুকচাক্কী মচিঙ্গাক।

হুমাংন চোৎলবা মশা তৈথোক্কনি খঙদ মাঙ থা
ফৌরোক্কী ফৌনালক্তা তিলহল্লকই থৌওইদ
হকচাংগী তোঙদা চেল্লিবা তকৎ-তকৎলবা ঈরিকশিং।
দেরালীগী থা,মৈগুম ঙাল্লকলি থরাম্মীচাক ময়াম
নোংথি মঙব নোংথক্কী চিল্লবা তুম্ফম কা লাইরম্লেনগী,
মহুমক্তদা মথোইদি পোৎথাবগী রাথল থম্নদে ঙৈহাক্ত
পুন্সি লানফমদা মায়থিদনবা চার নামগী ককঙাউথিত্নুনা।
অরোইবা য়াউল ঙায়রল্লিবা শিদৌ থোঙলবা "স্কেলিটন"
খঙহৌদনা কন্না লাউরকথি মন্নবা কাচিন অমদগী
"কনা কনানো নথোইবু! পৃথিবী শিথ্রোইদবা নত্রনে?"

ঈচাম্বিবা মসি নঙগী করম্বা স্মৃতিনো ?

চহী ওল্লকপগা
তুরেল ঈশিং ঈচাউরকই
ঈচেলদা তাউই
লৈখোম লৈনাঙ
সমুদ্র থিত্থনা চংলি
থেকোই মাকোই

মাঙহল্লমই—
ফজরবা লবুক্কী লৌ পান্দোঙ,
লৈখোম অমম্বুং লৌহোনগী ন্থংশি পরৈ
পম্থুং য়োঁঙমদা
ফোইদংতুনা তাউথোকহনথি ।
কয়াম্নগী—
মৈশা লাংলবা স্মৃতি লোংশিল্লগা
তুরেল মপানদা তাব মীওইশিংনা
অরাবগী মতমশিংদু
অম্মমমত ওইনা খোমজিল্লি
স্মৃতি মনুঙদা ।

অপাম্বা অমা কোংদোক্তুনা

কোকিলগী মচা কাক ওইদ কোকিল ওইনা চাউরক্লে
য়োকচমনগী অঙকপা ফংই কাক, শাউনা থুগায় মথম্মোই।
লাক্কদৌরিবা মুমিংকী অতুগুম্নবা অরাংব রাখল
মশা নাম তেক্লবা উচেকুম মমোন লৈতাব ঙমদে।
থাজরক্তে ইঙেন থাগী মুমিং তারমদাইগী মুংশা মম্নাকুম
অয়ুক্কী সনা অহিংবা মচু মাল্লবা কোয়ৌ অমস্তুং কোকিল
অদুমক্না মমিং থম্মী উচি ফাগদগী লুম্মীবা হৌদোঙগুম্না।
কায়না মৈশাগ মীনুংশিগা য়ান্নরবা মায়থোংদ
অকি-অখঙ অমস্তুং অঙকপগী লৈই ফুদোরকই
পাক্লা কোনথ্রবা নীংতম্নবা লমপাক্কী নাপী মকাগা
মলেমগী উফুল মরিকশিংগা লৈনবা মুংশি লীচীংগুম্না
মথাদগী তাব মচাগুম থম্ন লুনা তৌরগা য়োকচয়কপনি;
অদুবু চাউরক্লবনা লংথোক্লম্মগা লাপ্পা চৎথরে······
শাউনিংবা, ওমচারুবা. খাংঙমদ্রবা মৈশান থল্লক্তুনা
থম্মোই লায়ুম থুংনা চাকথেক্লকই কাক্কী,
অদুগী মতুং, কোকিল অমোম্না গতি লৈরক্তুবদগী
মুন্না য়েংই মমা ওইবীগী ফীজিনা হন্না হন্না হুমদোকপীরগা
মদুগী আশীর্ব্বাদ পীবিঙৈ মমিং অনি ঈরান চোৎহল্লকথি
মচা ওইবগী মুংঙাইমা লৈহন্নিংবগী অপাম্বা অদু কোংদোক্তুনা।

অশিবা

তগুপ্লবা মীৎস্নাদ ভেংবাংলম্বা মুংশা মঙাল
উইন্ন-উহন্ন তুমিন চৎখরে
ভাইবংগী ঈরাংমদা,
মতুগী মফমতু
যোমরৈবাক নত্তে, নুংরৈবাকস্থ নত্তে
অশিব মীগী পোৎথাফম লাইরৈবাকনি ।
অমম্বা চোং চোং চৎখিদুনা
তিনখি হীংচাবগী লৈফমদা
অতুগুম্লবদা মীওইবগী থরাইনা
মুমিদাং অরা পৎথোকলিবা ।
নহান হকচাংগী মনমদা তুমথখি
পাংদুনা লৈরম্বা মীৎস্না অনিমক,
খংলমদে মতুগী তুমাখবদগী
অমুক হন্না মীকপ তাম্ব ঙম্লরোই
লুনা তোবগী তোবিমল ওইনা
লাঈজা ঈরা শিম্বহল্লর্কনি হায়বা ।
হরাও তয়াম্বগী মহুত্তা মতমতুদা
তকশি শোল্ল
আশা কায়হম্বগী মমি তারকখি ।

পাঙ্গল থোক্লক্ত্রবা

শিংথা ঙমদ্রবা অৱাব অমম্নং মীয়ুঙশি
ৱেলগী মথম্মোই থন্না পুজম্মী
পুন্নিগী অঙ্ক তিনখিদ্রবদগী ঙাউজন্নবী, চাকথেক্লবী
মহাকমক্কী যাত্রীনি নুজা মৱোমদোম লাকচবী।
হৌখিবা থোঁদোক নিংশিংলগা চম্মন্নবা কোকখি
মমিত্ত উরকই মকষ্ঠিথোক্লা শাউহৌরবা
মপাগী মখুংতা শিন্নরম্বা মচাগী মায়থোং
খংহৌদনা মপী শিন্থৱকই, মী তাহন্দ কপ্পী
পুন্সিবু মচেং কয়া থোক্লা শেগায়ৱগা লংথোক্লকই
কায়ৱবা থম্মোইদা ঙাকপীয়ু হায়নিংবগী
ফো.ঙমদ্রবা লোনগৈনি
মহাক মমা ওইৱকখিদ্রে নূংগী মূর্ত্তি ওনথৱে।
ৱেলগী খোঙথাং লেপ্পা নৈতে
নুজা ওইবীগী চৎপগী লোইখম্বা নাইদবগুম,
কদাইদা চৎকনি মশামক্লা হায়ফম খংঙক্তে
পৃথিবী অসিদা চংজফম কনা নৈতবগুম.
থোঙনাউ অহোবদা য়েংহুনা নৈ থোয়শাউননা
লোংলকখি মাগী মীৎয়েং সোৱাৱেনগী নোংথোং মপান্দা।
থজিক্কং নৈফম খংঙক্তবদা ফীগাউ থন্না লোংতুনা পুজম্মী
মমা ওইবীগী মীকুপ অমত্ত থাদোকপা ঙমদ্রবা নুঙশিবা
পোনগী চেক্লাগুম্না মপাঙ্গল থোক্লক্ত্রবগী।

## ফুগী অমা

নীংথমথাগী নূঙশাদ
তুমহনা লৈ ফুগী অমা ।
ভখোংলবীগী মথাদস্থ
ফুংঙাইনা মীকপ তাল্লি অঙাং নরা
থাজগুম লুনা তৌই
হন্না হন্না কয়ারক চুপ্পী
ঈকংথাগী তুরেল ঈচেলগুম
খোমজিন্দ খোংলবা অমত ।

তুরেলগী ঈশিং
লৈখোম লৈনাঙনা থল্লক্লে
স্মৃতি নৌহৌননা নিংশিংহল্লকবা ।
পৃথিবী ঈচিক চিকই
অহুবু নোঙ কম্না থাল্লকই
মায়কৈ মরিমক
থক-থক নিল্লকই
মাংখ্রদবগী মপৈ মরক্তা
হাইনা হুম্না শাম্নরকই ।

## রাখল লাকপদা

পৃথিবীদা থুংলৈ করিগুম্বদা থাক
করিগুম্বদা অমম্বা
বারক্তা লৈশিল্লগা হল্লকই মতুংগী অমম-অভান
চোংঙা থর মতুমকী বারক্তা মহুম শায়
ঐমক্তি অঙাংব তেরা মপালগুল্লবা
ইন্নফীগী তৌবিমলদা ইযুম থাদোক্লুরে।
পুন্সিগী হিসাব লোইশিনখরে নহান্না
হীংলি পূক্তা য়ৌরমদাই পোকপা হামেং মচাগুম
ইমোনগী যণশেম্বুংদা শঙ্গীবুগী নোংলৈ মুংশিং
মীৎলুদ মরা, কাঙ্গৈববা মতম
মনাং নত্তুবা, মরল নত্তুবা ঙাকপীহৈক্সবা মীকুপগী
অরা মুংঙাই রাখলনি,
অহিংগী ঈপোয়ক্তা অশেংব ফীভমগী
মঙাল থরদি উবা ফংই
মতুমক্তি শিরুম্নরবা থাজনা লাম্বা ফংত্রি।
অরাবনা হুকচাংগী কয়াৎ থুমহৎলক্লবসিদ
নংস্থ খরদি লৌ মতুগী শরুক।
মরূপ ওইয়ু। হীংহুনা লৈশি।
অরা-অনা লাপথোকখিহুনা মীকপ থোক্লককনি
চোকথকুরবগী পোৎথানিংঙকপা রাখল।

ভাইবণ্ডমী

তুম্ময়বা পৃথিবী
মীকপ থোক্লকই অয়ুক অণ্ডম্বদা
কাক্কী লানবাণ্ডনা কৌদোকই ভাইব'মী ।

রায় শিংপনা
রায় শিংপদি লম্বীদা
মথৌদাং পাণ্ডথোকচবনি নোংমগা
অম্মুম্না সমাজগী মথম্মোইদা লৈরম্বা
অমোং-অকায়শিংভু শে দোকই ।
অহিণ্ড ঈচিক হুল্লি
মণ্ডগী মংগ্রেমরিবৈ
মীপক থোক্লকপগা হৌগংনৈ ,
নোণ্ডমগী মথৌদাণ্ড কাইদনবা
অম্মম অম্মম শুভুনা চখংনৈ ।
করি নিঙশিঙহুনবো হন্না য়েংণ্ডকই
অমম্মু,
নোক্লকই থণ্ডপ্রেক থণ্ডনা

"অসিবু করম্বগী ভাইব'পাম্বুনো ?"

চীংথক্তা চেম্বা তুরেল

থুঙ্গংগী মথম্মোই অনিথোক্না থুগায়রগা
মচেং-মচেং থোনজিন্দুনা শেম্নকপা লম্বীনি
য়াংকংবা তু-খোং, উমং-রামং, লৌরক লাম্থোক্লগা
তঙাইফদনা, শাংলবা লমশাং তেলহল্লকপনি লম্বীগী ।
ফরিগুম্বদশু তুরেলদা ঈচাউরকপদগী লৈনাং তাউরকই
মা হল্লম্মগা চংথি লৌ-শিং, যুম-কৈ, লন-থুম ।
ঐখোইগী ইরক্তা ঐথাইগুম্না হীৎব পাম্মী হায়বগী
নাকল মরিমক ইলঙ-লঙই সনাগী পামফেল লঙবগুম ।
মতমতুদা কাউরকথি অরা-অনা, অরাৎ-অপা, অপাম-পামদ
উফুল মরিক্না অনাব থাখিবগী থম্মোই মৈচাক
পোৎথারকথিদ্রবদগী ময়াঙলেন তেক্লবা ফীভম ।
মসিগী লম্বীসে হৌজিক্তি
অহিং-নুংথিল মীশি থাংন পোৎলুম পুরে
অমগা অমগা শয়থিদ্রবা
অরা-অন কোক্লকথিদ্রবা
শেন-থুমগী রাইচিল্লম্বা লোইনা কোকহম্বা ওয়ে ,
মকোক নোন্দুনা লৈ অতুম্মক চীংথক্তগী চেম্বরকপা তুরেলনা
রাংলবা চীংদোন্দগী নুঙগী মথম্মোই, অনি থোক্না
থুগাইরগা মনিং তম্না তমদা চেম্বরকপাগুম্না ।

## অতিয়া অমস্তুং নোঙলক্তা

উরস্মী অতিয়াদ নোঙ পায়বা
থাজগা খুৎ শম্নদুনা ।
শায়রকই মচোয় মচোয়রবা নোঙ থর
খুৎ অনি তিঙথোক্তুনা
ফারগা থমগে খল্লি মতুগী দৃশ্য ।
মঙলান ঐগী
তনৌ-তনৌরবা লোন অমা শেম্লকই
মতু য়াম্না মঙাল তায়,
য়াম্না অর্থ লৈ ।
বর্ষা নোঙগী মরুমদা মালংবনা
ফীরুকথুম্লগা লোৎতুনা চৎলি লাপ্পা
পৃথিবীদা হৈদহল্লি নোঙ
নোঙনা চোৎলকই
অতুমক্তদা—
লৈনুংদগী মৈখু রা-রা কাওৎলকই
অস্তুম হায়না শিল্লীনা
থিব ফুংই প্রেম
অতিয়া অমস্তুং নোঙলক্তা ।

## আতরগোলাপ

শাংকাম্রো অঙাংবা আতরগোলাপ !
ঙসি বসন্তগী হয়াও-তয়াম্নরবা উৎসবকী মুমিৎয়দা
লোৎলম্বা অকম্বা নকথি অমম্মুং নৌশিং পুথোক্তুনা ।
মীনোক্কী ঈপোম ঈহৌহল্লো আশাগী থাংমৈ চুথৎলগা
অয়াম-খোয়াংব, অচা-অথক, তুম্বা হীপ্পা কাউথোক্তুনা ।
ননিং তম্না জগোই শাগদবনি মাঙং শাখপ মতুং ইন্না
হৌখ্রবু লংথোকখ্রগা থম্মোই চন্নিঙ তাহন্দুনা
চম্মনগী লমন খুম্নিংবা য়াথল লোৎশিল্ল ।। থমথো
য়াংকংলবা থম্মোইগী থেমজিম্বা য়াম্না দরকায়নি ।
অচেনবা মতম তোপ্পা নৈজখিসনু তান্নকখিনু
নংগী মীৎ থক্লবা ফজবহুনা মোইথেম তৌহুনা পুরগা
অঙকপগী ঈথক ঈহৌহন্দুনা মঙগী য়াজ্যদা থম্মু
অপাম্বগী মিত্রং লাংদ তোমখিন মপোক্কী মক হুলহন্নবা
পৃথিবী পুম্বা মতুগী পুক্লিংহুরবা লৈনম্না শুমহৎলক্লবা
শেমগৎ-শাগৎপা, অশোয়-শোয়দগী মকপনি নংদি ।
পন্থুংফম খংদ্রবদা য়েংহল্লু থরাইদগী পামজবা লম্বী কয়ম্বে
মুংশিবা, থাজবা থম্বা ঙমদবা য়াথল থাদোকহন্দুনা
থম্মোই মথোং শোমহল্লু অমৃতগুম্নবা য়াহৈ মচংনা
ফজবগী মপা লৈত্রবা মোংফমদা খুদোল তম্মু স্মৃতি ।

শ্মুর অমা

শ্মুর অমা তিল্লকই রাখলগী ঈপোমলক্তা
তুমিন লৈরিবা থবাম্মীচাকী মনাক্তা
নীনি পাম্বগী থাজ
অচুম্বক মকা লাম্মকই
মীৎয়েংদা ঙৈহাক লৈত্ত পুক্রীং লাংহন্দুনা ।
পুন্সি- পোক্লকপগী লম্বীদা লাক্লগা
হনখিনি অশিবগী লম্বী মতুং ইন্না
মংলান কয়া থুগায়রদুনা ,
খোম্থোক, মীকপ-মীনোক, শাজৎ-লীচৎ
লোইনা মাংখিনি অশিব মশাদুগী মনাক্তা ।
ভাব তাদ্রবা ইমোনগী স্মৃতিচিহ্ন ওইনা
লেও-লেও লাউনা ফজবা নাপীগী হানৌথক্তা
শাগৎলম্মী রাশক-রারেপকী তাজমহল ।
রাখলগী অতিয়াদ ঙাল্লিবা মূর্ত্তি
শেরান-তুরান খোরি খোংচিল্লগা
উজাউগুয়া লেম্লিবা থম্মোই হৌদোকবা
শ্মুর অমা হৌজিকস্থ তারি ।

মামং অনিগী থবান

মত্রগা শুমহৎলবা লিনগুম্ন মমিংকী থবাম্নি
থবাম্মীচাকুম্না তগুপ-তগুপ্পী মীৎলু থম্বাল ।
থন্নুংদা থম্মোই ৱীণাগী মীরবা স্বর
ফীজেংকী ফী থুপকমদা নোংথব্বী অশংবা মচু
সনা অহিংব মাল্লবা কৌনাগী ম্নুংশি চিঠিগুম
মমল নাইখিদ্রবা শাঁঙেল নাচোম
পুম্নগু লংঙি হীরাগুম্না মফি থোঙলিবদু
থোয়থুনরবা মীনোক্কী ইংনা-তপ্পা জুহার হায়
লাইবক্তা অঙাং ওইরিবৈঙে কাউথোকখিনবা
সিন্দুরগী ঈ-মুক ঙাংব লৈত্রেং
থম্মোইদা তু খ্যাউ-খ্যাউ চুৎহল্লকই
মো অনৌবীগী তনৌরবা শাথেক্লা ।
মীংকা-মীংকা রা তাব্নে থম্মোই মরাং হৌহন্না স্বরনা
অহিংগী মায়থুম ওইরিবা তনিল্লবা থাবল ঈপোমগুম ,
অমম্বগী মঙেংনা অমুক হন্না মামং উহল্লক্লবা মকু
মতুগী মমিং অনি কিবদগী অপঙবা শার য়েংদুনা লৈ ।
অদুনা মমিং অনিসিবু য়াম্না নীংঙমদে শোন্নে
য়াম্না মমিং থোই, পোকপা-শিব শেম্বা ঙম্মী,
অরা-মুংঙাই অমত্ত ওইহল্লি, থেংনবা থম্বীদে ।
মমিং অনিদুগী ফীদিং-ফীদি চোংবা মীংয়েং
পোনগী চেক্লাগী অফা-অপুন্নরবা থবানগুম্বনি ।

কোকিল য়েংবদা মৈতাল অয়াবগুম য়ায়া মুই
অত্থবু মাগী ঈশৈ সুরনা থম্মোই শুমহৎলি
বর্ণ অমুবীগী বণগোমদা অথা-অয়াক য়াউদবগুম।
ফজবামথৈ থন্দোক্লবদি লৈহৌগনি অথিবতাক্ত
কনানসু মমল থম্বীয়োই কান্নব্রবনি থন্দুনা
মী কয়াগী মরাইবক্তবু থোকপা ঙম্নবগে
মত্থগী খুদোংচাব লৌব ?
মশা মথন্তা তকশি শোল্লগা থাংব নত্তনা
করিদি ওইগনি মথোইগী ?
থম্মোইগী মুংশি রারি লীনিংই, কনাসু নাচুংবিদে
মীৎলু অনিদগী অত্তৎ-অথম লৈত শিন্থে পীরাং
হকচাঙগী শিংলিদা তোখাইদোকপা ঙম্বগী নোংথাং
পুন্সিগীদমক্তদি করিমক্তা থোশাদে
থন্দোক্লকই মপোকথৈগীনি অনৌব করিসু নত্তে
মিৎশি, নাশিঙবা রাহৈ থির মমোনগী, লিক্লাংগুম লেঙই
শঙত্রিক শঙনা য়েঙল থদক্তুনা অমুক লংথোকই,
অত্থম্মকপু ঙায়ত্থনা লৈ য়ংম্না আশা তৌরত্থনা
পৃথিবীগী নে-না তাহন্ব ঙম্বা লাঈজা ঈশিঙনা
ইন্দ্রি মরাঙ হৌহল্লক্লিবত্র থজিক্তসু কোকহনখিগনি।

অরাব হেনগংলকই অতুম্মক

লমজাউগী উফুল পায়তুনা শান্নৈ

অহিং-মুংথিল

নোংজু-মুংশাগী পোংথাব লৈতে
মতম্না মত্তমবু অকন-অরি শীংনৈ
নুংগা নুংগা থেংন মৈরিক থোরকই।
লৈ অমা শাংলকই থম্মোইমুংদা
লৈ নত্ত থরাইগী "মণিমরি" থল্লি।
মীওইবগী চহী মতাং লৈ
ইন্দ্রি মঙাগী ওইবা মণিগী লৈতে
ঈশৈগী শুমহৎপা ওম্বা শক্তি লৈবগুম
কবিতাগী স্বর লৈ,
অতুগুম্না লৈ ফজবা, অথোৎপা
পেলহন্বা, পুক্নীং থুক লাউহন্বা।
মীওইবগী থম্বা ওম্বগী শক্তি লৈ
তুম্নিংঙকই অরাব হেনগংলকই
মতুগী নিয়ম মতুঙ ইন্না
অস্তুম অস্তুম হেনগংলকই মথঙ-মথঙ
লাঙৈচোরকপগুম অতুম্মক......।

উরু-উরু লৈ মঙ

মাগী শেগায়রবা মফীদা
করম্বগী হুনো লৈশিল্লী
লংজা খুদিংমক্কী তোঙ কয়াদ
ইতিহাসকী রা লোংলি ।
ঈশৈ লকই
নুমিৎ খুদিংগী কাউথোক্তনা
অযুক্কী লৈচিন পোমায় হাংদোক্তুনা,
অহিং যারেকই
অহাংব সোরারেনগী মথাদ
পিক্লবা আশা থম্মোইদা কুম্লগা ।
মমোনগী ঈশ নুর
মীৎলু কোমকু অনিদা লোংলকই ।
করিগুম্বদমু—
চাংনরক্তুনা খলহল্লি
লোইনা মাংখদ্রবা হায়বনী ।
মীৎস্না থম্বাল অনিনা ঙকচান্নরিবৈ
উরু-উরু লৈরকই মংলান ।

পূজা—

নোঙ চুরম্মী— নোঙ হাংখরে
হৌজিক্তি থা-থা লাউরবা অমম্বনি।
দোকানগী ঝাপ মথাদ থুপ্লম্বাশিং
লম্বীদা চৎপা হৌরে, মীরক্তা তিনখরে
কদায়দম্সু লৈথিদরে চহী মতাংগী খেৎনবা।
চরা হেল্ল লৈখিবা মফীগী লংজাখুদিঙদা
হকচাংগী ঈখেংগা তোৎনরবা হুমাং মরিকনি
পূজাদা মীপুম্না নিংথৌগী ফীজেৎ-লৈতেং পাম্নবগুম্না
মশাগী হকচাং কয়াৎতি করিস্সু হোঙব লৈতে।
ঙৈহাক মমাং ইনাক্তা থৈদুনা হুমথিবা মুংশিং
মতুম্সু অমুক হল্লক্লে হরাও তয়াংম মীনোক্পা
ঈথক ঈহৌহল্লকই ফীগী ফীথুপতা লোৎতুনা,
অশোয়বা রাকম খর অতুম্মক থুপ্তুনা থম্লিংঙম্বা
মতু পুম্নামক চম্বুরা মাগী চরাংনরকপদা
অহন্-নহা থাক্ত লোইনা খংবা ঙম্নখরে।

অতুমক্তদা ইমোনদা পূজা নত্রবোয় থনঙমদে
ময়াম মরক্তা চৎনিংঙকই লম্বীদ থোক্তুনা।

লিন

নোংমা ড মারা তানংদা
লিন অমা থোরকই ।
লিন অহু য়াম্না মহু পাম্বনি
অমুবা মচুনি
পাঙন মুপীনা বুরথা মন্নুঙদগী
য়েংবাগুম্বনি,
করিগুম্বদা—
শাউরক্তুনা মকোক ফণা শারকই
করিগুম্বদসু কিহুনা চেনখি ।
কাউদ্রি নোঙমা
মঙ্গপ অমনা হায়খিবা
যুমদা লিন চংশর্দি মু লগদবনি
থৌশাদ্রিবহু হাকন চংবাগুম্বনি
লিন ওইরমগন্দ্রা থন্দুনা
তিনথোক ফাউবা কিনরিবনি ।
অহুবু কনা কনাগুম্বদি
লিন হিন ফায়
শান্নপোং ওইনা শিজিন্নৈ শিংগনি খঙহুনসু ।

## লৈ চার

লৈ বাগানগী চারদু মখোং শোয়ে।
ঈাশং হেরে। ভদুমক্তদা পংথরক্লি।
কংশিল্লক্লি। স্মৃতি মা লক্লি।
করিগুম্বদস্নু শকফম লা শিনহল্লি
লায়না চেল্লগা উফুলনা।
নোংথক্তা মযুম লিংবা থরানগী মমি তায় মশাদ।
মথক-মথা ওলহল্লি। মরি থদংলি চৈনা পী।
ঙাকথোকপা ওমদে আশবগী তমথির মুর্তিদগী।
হৌজিক পাম্বী চাঙরক্তুনা মীং থলহল্লক্লে।
রাং চাউরে। লৈকাদ খোইমুগী চিরোল তম্লক্লে।
মশাপুম্বা শোকপদতা মৈকাপ্লে।
থক-থক নিরা মতু চুউক্লে।
ভৌইগুম্বসুং শম্মাদ নপ্পা স্মৃতিদি
ম থিরক্ক মায়থীরদুনা।
অঙকপগী শেমগৎ-শাগলকপদা কান্নরক্তুবা
মউনতমক ঙাইরক্লবা মুংশিবগী নীহল্লকপদা
চোঙ-চোঙদুনা মশা থম্লগা পায়শিল্লকই অরাবা
মচিম্বান চোইল্লকই উৈহাক লৈত চল্লকপা হকাম্না
কাউথোরকই শম্নথিদ্রবদু কাম্নদ্রবা পুন্সিগী।

## ভারমদাই মুমিৎকী মঙালদা

ভারমদাই মুমিৎকী
ঙাংগ্রানবা মঙালনা
মলেম শিন থুংনা মচু শঙলকই
ইরুপ্পী তাইবংমীনা মঙালদুদা ।
তঙাং তঙাংলবা ভতিয়াগী রাথল
থম্মোই মচেৎ-মচেৎ কাঈহল্ল শাগৎলি
থম্নুঙগী মৈচাক
মমিৎ ঈ কারবা চরাম্নরবা কৈগুম
মাঙ থাগৎলি 'ইমোন"
থম্মোইদা উই মরুদ্যান
পুন্সিগী মরিচীকা
য়াম্না মপাঙ্গল শোল্লী
অতিয়া অমম্বং সমত্রুগী
চীদিন্নবগী থম্মোই মকা লামবা
অহিঙ য়ারেকপগী মুংঙাইবা
পুম্নামক অসে মতমগী ঈচেলদা
লোৎখিগদবগী তৌরকই
ময়ামনা য়েঙনরিডৈ মমাঙ মক্তদা ।

শাগৎলবা ঈ-গী চোকথরক্লবা হকচাং মাঙ চিংহল্ল
মীহী সা, মীওংপা মীথান্নদবা থৌওইরুদা
লম্বীগী মতুং চৎলি সঙ্গ লৈখিদ ফীরেপ কায়রবা। দিহে
নমথাইরগা তাইবংশেম্বা মপুগী নোংজু-মুংশা বেহু।
মখুৎনা পাই ক্রী-ক্রী কান্ন মরৈ তিংথোক্লবা মৈবুন
মচিন্দা মশাগী তিনখিদ্রবা ছন্দগী লৈবাকনিংব ঈশৈ
"লাক্লো লৈবাকমচাশা! ঐখোই পুন্না রাশকমীন্নশি
ঐখোইগী রাখল-রারেপকী জয় লেংদ্রবনি।"
থম্মোইদা অশিববু তেকখৎহম্বা। ওম্বা অনৌব শক্তি
মমোন্দা থাজগল্লবগী চংখোন্ন শাগৎপা মূর্তি
অথাম্লদগী কনাননো খোনগয়দা লাউরকই "চেল্লো-চেল্লো"
হন্না হন্না হোদোক্লকই, মতম য়োরে মীকপ থোক্লরো'
"ইনকেলাব জিন্দাবাদ" হায়বগী অয়াকপা খোম্থাং
হন্না য়ৈরক্তুনা নিলহল্লি অতিয়া অমস্তুং মালং ঈমায় চোনা
মমিত্ত উই মযুম মৈথাহুনা তাল্লিবা য়েংহৈদ্রবা কুম্মে
গতি লৈজদ্রবীবু ফাহুনা ইজ্জৎ লৌরগা লংথোক্লম্বা
মনাকোং পোকখাইরকদৌরবা নোংমৈ গুলি মখোল
লাম্মীগী মীন্নুংশি খংদবা খোঙগ্রুপ বুটকী মনিল
অহুমক্তুদা খুদোঙচাদে, মতম শঙদে লৈথোক্তুনা য়েঙবগী
ময়াম্বু বগল তৌরগা অহুম্মক মাঙ থান চথৎলি
অনৌব লাংজেন মান্নবা শক্তি অমা শেম্মিঙবগী আশাদ।

চম্মন কোকথোকপা

থম্লিবনি হৌখ্রবা স্মৃতিগীদমক
মন্তম কুইনা ভন্থরকপগী মরম
ইমোনগী পাঙ্কল শোম্বহল্লকপা
অদুবু করিস্মু মুংনাংঙুদে ।
অহিঙ মূর্ত্তি অমনা ভায়রকই
চপ যুংলবা মমোন্না করিনো থন্দুনা ,
মুল্লগা পুথি কয়ারক
কিশল্লকই মন্তমগী খোঙলৈদা
থম্মোই অসে মোংহল্লক্লবরা হায়তুনা ।
অথাপ্পদগী মথুং হৎতুনা কৌই
ঈ-পিবগী শেম-শারবনি
পাপ কোক্লবগী, হকচাং শেংদোক্লবগী ,
থাদোকথ্রবনি মীহিংসা, তুকৎচনবা লমচং ।
ইমোনগী লাইরু-অনং কাউথোক্তুনা
নক্লব। মরি মতাগী কনা ওইহন্বা ভম্নকখিদে
মীওইবা হায়বসিমক রাথল লাম্বা ফংঙকপদা
অনুতাপ লাকপদি হৌনশানি থংতুনস্মু ,
মতুগী চম্মন কোক্লবা ফীভম থর হোঙবা
করিস্মু ওইথোক্লবা নত্তে ।

## নোংলক্কা ঐগী থম্মোই

পরেং লেংঙি নোংনা চোৎলবা মী
লেংবান্দ লাঙ্গোল, খুৎতা রাগী শাজৈ
নৈমুংদগী মুক্তা লৌথৎনবা কন্না হোৎনৈ
অশ্‌ংবা নাপী মনাগ লোইননা,
অমম্ভুং থম্মুংদা
নৌহৌনরবা ঈশৈগী স্থুর শৈহেক্কুনা।
পৃথিবী থক-থক নিক্লকই
থুদেক্লকই মায়কৈ শলায় খঙদবা লমনৌ নাপল।
প্রকৃতিগী থম্মোই শেংনা হুংশিবগুম
ফৌ চরোঙ শাংলকই লৌমীগী লবুক্তা
অস্থুন্না আশীর্ব্বাদ পীবি ফৌদিন।
ঈরিক্লা থল্লবা হুমাঙ মরিক্কী হুংশি খুদোল
যুমথোং যুমথোং খুদিঙ নিংঙ চোহল্লি হৱাওজনা।
অমুক্তা খোঙদাদ্রিবা লম্বীগী থোঁজালদা শুমহৎতুনা
হরিবাংদোং শান্নরকই অশিবগী নাকন ওইরপ্পা।

হল্লকথিদ্রে মালংবা
লৈরিবা হায়রববু নোংঙ
অমম্ভুং খজিক মীতাদ্রবগী তেংবাঙ।

পুন্সি ওইনা লৈনিঙবগী আশা

তিঙথঙনা থল্লবা পুন্সিগী
লমচৎপনি ঐদি
লম্বী ঐগী য়ান্না লাপ্পী
অথমবা লৈতে ।

অরাব, অনাব, তম্থব শোম্থবা
উইথনি-ঙকপগী চেংকথরকপা
ঐগী থাদোক ঙমদ্রবা হকচাঙ অঙ্গনি ।
কান্নদ্রবগী
থাজবা ঙমদ্রবা তৌবিমলদা ইকপ্পী
অরাম-খোঁরাঙবগী
লাঙ্গৈথুঙ পক্লপা থম্মোইদা
থরিঙ-চানিঙবগী মৈচাক হাপকৎলক্কুনা ।

থল্লি— কনাগুম্বনা শোইদনা কৌশিল্লগা
লুনা তৌবিরক্কনি
য়ামদ্রবদা নোঙমতঙগীদি ..

স্মৃতিগী রাজ্যদা

অহিঙনি হায়রীগমু কাউথোক্তুনা ওইরবস্মু
থম্মোই মৈরিনা লামখিবা য়াই অথাপ্পা মফম য়ৌন।
নোংমা লান্ন খনখি, নোং ঙাল্লক্কনি অহিং ওইরক্কনি
ঐথোইগী লেংনদি কনান থংলোই
ময়ায় কারবা মফমদু কনান য়ৌব ঙম্লোই,
খৌজাল হৈবগী অভিশাপ ককথংননবা
সমদ্রগী খোঙ-দান্দ য়াম্না লুরবদা কুমথরুবনি।
অহিঙগী থরান, খোযথুম্লরবা থাবল ঈপোম
মতৌ অস্মুন্না লৈরমদে মতমদুদা
পুন্সিবু নৌহৌননা শেমগংনবা হোংনরুই
মুংশিবগী ঈথক ঈপোম্না হকচা পুম্না থুমহংলকখি।
ঈশি মরিক কয়ান তিন্নরগা তুরেল, অতুদগী সমক্রু
মোং হাল্লবা মংলানগী মু ঙাইবদা শকক য়াখিদুনা
ফংলম্মী অতোপ্পা অমগী থম্মোইস্মু,
হৌজিক্তি ঐগীনি হায়বা করিস্মু লৈখিদরে
অযুক মুংথিলস্মু মতমগী য়াওলদা থুপথরে
অমম্বগী অমম্বতনা কোইশিনথরে মংলানচান স্মৃতিগা
অতুম্নামক ওইহুনস্মু অহিং অসিবুদি
অহিঙনি হায়কম্লিংদে করিগুম্বদা
থরাই হকচাং অরাবনা থেংলক্কনি কিবদগী।

## স্মৃতি ঐগী মরুমূমিগী মরুদ্যান্দনি

শিরুম্নরবা তুরেলদা
লুপ্লি লুপ্লি তাউরিবা অহোব হীহু
ঈশিং মনুংদা লুপথখিত্রী ।
হৌজিকস্থ তুরেলগী মশা শগন্দা
মোনথাংনহনা লৈরি তুমথগদগী
অমস্থং তায় উচেক-রায়াগী ঈশৈ
মখুৎ থেক্তুনা মশিং থী
মীৎকুপ খুদিংগী মঙালগী লৈফম থিরকখিবহু ।
হায়নিংঙাই লৈতনা কিশল্লক্লে ঐদি
চেৎনা পোৎরোল থারিবা থোঙজিন্দা
মহাক্কী মকশিল্লবা মূর্ত্তি উরকপদগী ,
পুন্সিদা কয়াম্নগী নোংলৈ-মুংশিং লাক্লমহনা
লোইনা পুরগা চৎখরে
অহুবু মীৎকী পীনদি "মহুগী মীদো কংনিই ।
মাল দা তাউখিব নুমিৎশিংহুগী
লংথোক্তুনা থমথ্রবা স্মৃতি ঐগী
রা ঙাংদ তুমিন চৎলিবা যাত্রীনি
মরুভূমিগী মরুদ্যানদা ।

## মীৎকুপ

হৌজিক বসন্তগী নাশোন লৈতে হায়বগী
কোকিলগী ঈশৈ তাব ফংদে,
মশক থী হায়বগী শুমহৎপগী মপাঙ্গল লৈতে।
পোমলি পোমশাৎনবা লৈহাউনা
মশাগী লৈনমদা নাপল তৌজবগুম
বর্ষাগী তুরেলনা মশাগী শক্তিদা পোঙথোকচৈ,
ঈকায়থবীগী মরক্তা নমায় খুমজিন্দুনা লোৎলম্বদা
ঐস্থ মুমিং অদু কয়াগী চাউথোকচৈ নংবু ফংবগী।
সংসার অসিদগী খংহৌদনা চৎখিবদগী নংনা
থরাইগী মীৎকুপ অমতা পোৎথাব শঙদে
থম্মোই ঐগী শোংলবা নাবক ওল্লকই।
হৌখ্রবু মাংহনখ্রবনি ইরাইবক্তা তকশি শোল্লগা
থম্মোহগী রা খংবা উৎপা ঙমদে হায়বগী
মীৎ অনি উইশিন্দুনা খাংমনবা হোৎনরি,
অদুমক্তদা অতিয়াগী থরাম্মীচারা করিগীনো
ইথক্তা ঙৈহাক-লৈত মতিন শিৎতরক্লি
লম্বী মপান্দা লেপ্লবগা করেন্নরকই
পৃথিবীগী মীৎলু পীবাংনা
হককচাংদ থেংঙক্লগা করিদি কান্নরিবা
পুন্সিগী অমম্বসিদা কবিমক্তা খংব ঙমখিদরে?

পুন্সি ঐগী

উশাথক্তা চেক্লা ভোংদে
অহুবু
থম্মোইদদি
তণ্ডল পায়রি কুফেৎ-কাফেৎ
উনালক্তা কেকোৎলোৎপী শান্নৈ
মহুগী মমিনা ।
শীডেল লৈরাং কেল্লক্লগা
ফজবা মাংলকই অংকবা উনাগুম্না,
শিখ্রবগী মতুং
পোক্লকপগী তৌবিমল কদাইদনো ?

পুন্সিদি— মীওইবগী
পাওখোক্লাদ পকপা লিক্লানি ।

মতমগী ঈবোন্নুংদা
করিগী উরক্লিবা তমথিরবা মূর্ত্তি
করিমক্তা থংবা ওমদ্রে
মসিবু করিগীনো ?

## মহাক অমসুং ঐহাক

থম্মোই উপুদা হাপ্লম্বা সনাগুল্লবা মংলান
মপান নাইত্রবা মৈচাক্লা মুথংলকই অসুম অসুম
সিলেটস্তা ইবা পেন্সিলগী ময়েক্কুম
অহৈঙেদি শক খঙনদবা কনা য়াউরমদে
লৈরমদে খঙদব মরোল উচেক্কী, তিল কাঙগী
ঈগী তুরেলদা চেস্থখিয়ম্মী থম্মোই অনিগী থরাই
পৌরোল থাব কাউথ্রবা থম্মোই পল্লোল হাংল
ফী মথুপ মরক্তা থম্লমনি স্মৃতিশিংদু ।
অহবু ওসিদি কোরৌগী মচু হোঙবগুম তৌরে
সিন্দুরগী মহুংত অমুবা কাজল
অতিয়াদ মায়থোং, ইথক্কনা তমথিরু মীৎচি
নোঙগুম্না নোংলৈ নুংশিংকী মতুং কোয়ঙীন ইল্ল
খংদে করিগী অস্থক য়াম্না অহোঙবনে। পুন্সিদা ?
তুং ওইনরম্লবা ফজবগী নুমিৎশিংদুদদি
অরাবগী মরক্তস্থ উবম্মী মাগী মায়থোংদ মীনোক
মতুগী মীস্নাদ হৌজিক্তি সন্ধ্যা য়াচ লক্লে
থোইনা মমশিল্লক্লে হাল্লদগী চম্মন্না
অতুনা থল্লিবনি থম্মোই উপু হাংতুনা থম্নগে
মৈচাক থর স্মৃতিগা ফীথুপ নাইন। থম্মীন্নবা ।

## স্মৃতিদা কাঙ-খুঙ চায়হল্লকই থম্মোই বীণা

থেক্কোই-মাকোই চেল্লিবা তুরেলগী
ঝিরি-ঝিরি চেন্থরিবা মথোলনা
ঙসি করিগী থম্মোই ঈশৈ ঙংহল্লক্লিবা
করিমত্তা হায়বা ঙমখিদরে ।
চুমিং কয়ানি মমাংদগী
তার লৌথোক্লগা থমথ্রবা থম্মোই বীণাদ
স্বরগী অনৌব শৈহক হাপ্লকই ,
বিসর্জনা তৌথ্রবা মঙ অদু ঐগী
অমুক হন্না মকা লাম্লকই ,
উরিদা নৌনামুক মনা চোঙথংলকপগুম
অহিঙ চুংথিল থংদনা নমখাইদুনা
পায়থিগে থোরাংলিবা পোনগী চেক্লাগুম ।
থম্মোইগী অথুপ্পা কাদ থরাইনা
মতুগী স্বরগী হন্না য়ৈরকপা খোন্থাংদ
মথন্না তরক-তরক কম্লগা
মীংলুন্দগী ঈরা শিন্থহল্লকই ,
লৈকম থংদ ঙাউরক্লবা স্মৃতিবুস্থ
কাঙ-খুঙ চায়না থুগায়রকই ।

## প্রার্থনা

সন্ধ্যা ওইরকপগা কৃষ্ণচূড়া পাম্বীগী মখোংদা চংলি
অচিকপদা ফমতুনা লৈরিবা কনাগুম্বা অমা উনিংবনা
থুংনা নাপী থংন-থংনা অমম্বদা তিল্লকই
তগুলগী মঙালদা থংগক্তুনা মুংশাম্বোর মপী হোৎন্থে।
অহিং য়াম্না থেংলকই, পৃথিবীস্থ তুম্লম্মী
নাপীশিংতুদি মমিৎ কল্লা অমা উইশিন্দ থাংই
ঐ অমস্তুং মহাক্না তুমদনা মীশিং থাংবগুম।
ঐদি ইশাবু ইশান্ কাউথোবকই
অতিয়া, পৃথিবী, অমম-অঙান অমত্ত ওইরকখি।
কয়ানি মমাংদগী লৈচিন্না চোংশক্লুবনি
মতুমক্তদা থংব ঙমদে কদাইদা লৈরিবনো ?
লৈবাক্তরা নোংথক্তরা, তুম্মীররা নত্তনা তুমদবরা
ঐ লাউবা ঙমদে করিনো অমা ভোরকই
মফমতুগী মনমদা। অহিং অতুম্মক হোৗরকখি।
কৃষ্ণচূড়া পাম্বীগী মখোংদা ঐ লৈত্তে
তুমশিল্লক্লবা থম্মোইদা মনমতু ফাউরকই
নিংশিংলকই মৃত্তিতু, তুমদনা লেনখিবা অহিংতুগী
মতুগী শুমহৎপগী খুরোদা ঙৈহাক লৈত্ত মঙ মংঙি
মীৎশু থম্বাল অনিগী মরোলদগীস্থ থোইনা চংখোম্না।

## অতিয়া অমস্থং পৃথিবীগী মরক্তা

সোরারেন্না কপ্পী নোংগী মরক্তা লোৎতুনা
পৃথিবী চোৎহনগদগী হোৎনৈ
নোংথক্কী ঈশিংনা
থংই অতিয়া অমস্থং পৃথিবী ।
ঐদি খল্লুদে অমক্তস্থু
অতিয়া অমস্থং পৃথিবীগী মুংশিবা
কোরৌ অমস্থং লাঈজা থম্বালগী প্রেমগুম্বনি ।
ঐনা পাম্লম্মী, লৈ শাংলসমু
মৈখু চুশল্লবা সোর রেনদা ,
থুগায়রসমু অহিং মুংথিল ।
অতিয়া অমস্থং পৃথিবীগী মরক অদুদা
মংলাক্লবা পুন্সি অদুকী ফজহল্লক্তুনা
তুরেল অমস্থং সমদ্রুগী চাঁল্লোক্লবগুন্না
নত ঐগী প্রেম
অথুপ্পা মফমদগী থোইনা অথুপ্পদা
কনানস্থ থংনদবদা ,
ঐখোই অনিগী স্মৃতি ওইরহনা
মুমিৎ থান থোক্লিমখৈ লৈরগনি ।

নংগা লোইননা

নংগী মীৎয়েং থাদ চাউরকপনি পৃথিবী ।
নংগী নথাদ লোৎখি স্মৃতি কয়া
ইতিহাস কয়া, বারি কয়া ।
ঐনা থংলিবসিনা মাঙ থাগৎপা ওমদ্রে পুন্সিগী
পীরাংন ঙৈহাক লৈত য়ৈথাইরকই
পুক্রিং পেল্লা নোকপা ওমহন্দে কৈদৌঙৈ ।
করিগুম্বা অতৈসু লোৎশিন্দুনা থম্লবদি
থংনবা তাকপীযু— খংহৌনবা হোৎনগে
ওয়ক্তুবদু লংথোক্ল মুথৎখ্রবনি শেংকাত্রবা মূর্ত্তি,
অমম্বা স্মৃতি তুক্কচবা হৌরকপদগী,

অফং-ফংদগী তিল্লক্তুবা অঙ্কনা
থোইনা মরাঙ হৌহল্লকপদগী ।
হৌজিক সন্ধ্যাগী শংবান্নরবা নোংথক্তা
অথাপ্পদগী পায়রকপা চেক্লাগী আশাদ
ফমন্থনা লৈবিবনি পাউ থরগী— ।
অথুনা নং থোইরাংলিবা ইমোন লরুগম্নু
মঙবু মংরৈবাক্তা পুখিগে থল্লকম্নু,
নত্রবদি— ঐসে ঐ ওইনা হীংথুনা লৈব ওয়রোই ।

ঙায়ৰা

ঈ থৱদি লৈরি হকচাংদ
হৌজিকস্থ ।
মতুগী মচু
অমুৰা নত্রগা ঈশিং
অতুমক্তদা
ঈগী তুরেল অসিদা
ঈরুপ্লীব কনান
থৱাই হকচাং ঈংহল্লকই ,
ঈ,বনা খোঙ-খুৎ নিরুক্লে
ওইরম্বস্থ য়াই জ্ঞান মাংলকখিবা ।
কয়াদি কুইরে মুমিৎ তাখিবা
অহিং অস্থম্মক থেঙজিল্লক্লে
কাঈনবগী- মকশিল্লবা মায়থোং
অমম্বগী শুক্লবা ফিজংদা তিল্লক্লে ।
হৌজিকস্থ —
তঙ তাদ্রবা রাখল
তুমিন ফমতুনা
কনাগীনো ঙায়রি তরক-তরক ।

অতিয়া অসিগী পৃথিবীসিদা

লমলোং মরি কাংবগী চীদাই, বারিদা পুমশুম-শুমহৎনৈ
মতমবু মতম নত্তে খনগুমদে মকমত্বুগী মীওইশিংত্বুনা
পৃথিবীগী মরমদা থাংগৎপা রাকৎ কয়া, সমস্যা কয়ানি।
মীৎয়েং খাদ লাকশিন্দুনা লৈরম্বদগী থক-খা ওল্লকই দৃশ্যশিং
মীগী মীওয়া স্মৃতিগী মনম থজিক পক্ত্রবা রাখলদা,
তাইবংমীগী নাশোন কংখিদ মৈশা লাংলবা তিংথৌথক্তা
কান্নব্রবগী মমল তৈরক্ত্রবা মুশি-মুশিরগা থাজনি।
কদায়দনো মত্বুগী মতম?
মত্বুগী মীৎকুপ? মত্বুগী মুমিৎ শিংবুম?
শরুত ভায়রবা মতোগু মচেৎ য়াউরক্ত্রবা হকচাংনা
স্মৃতিগী সনাপুল শেগ্রাক্তা য়েপশিল্লগা কোইনা থিরকই
মাংখ্রবা থাংপোকশংগী অকায়-অতোয় খুনজিনগদগী
মথয়াত্তা উমশিল্লী মুংশিবগী মমিৎনা পীরকপা
আশীর্ব্বাদকী মশক্ ওইরবা অমম্বগী কোয়রংনরবা মমি।
মপুক তপ্পা রাকয়ৈক্ত্র তপ্লি-তপ্লি তাউথরকই
মত্বুগী মথক্তা হয়িংথোয়গী মথংলেন কায়নখিবগী
মৈচ্রাং-মিপাইর মহৌশাগী ফীভম কায়রবা লালহৌনি
স্মৃতি কয়াগী থংবদা রারবা রাহংগী পাউখুম থিরকই
অত্বগুয়রবা অতিয়া অসিগী পৃথিবীদা লৈবিবা মীওইনা।

## নুপীগুল্লবা তুরেলবু

মহাক চৎথরে অহুবু ঐদি থংহৌদে
কয়া কুইনা ইনাক্ত কল্লগা
করি করিনো হায়রম্মী
হকচাং হকচাং কয়ারক থেংনৈ খুৎত, থোঙদা
চিন্নানদা, থম্মোইগী অথুপ্পা কাদ,
থল্লুই মতুগী মথম্মোই কাচিন্দা
পোঙজনিংবগী ওইনম কন্বা লোৎলগা থম্মীবনি
মীৎকুপকী ঈহৌরকপদা তাউরকই
মাগী মমল নাইদ্রবা স্মৃতি,
মপাঙ্গল শোস্থহল্লকই রাথল।
থোৎলবা মশাদ ঙৈহাক লৈত শান্নে
মথোৎকাররিবা সমক্রগী ককওাউনরবা ঈথক।
থনবা গুমহল্লি—
লাই য়েকপা অমতগী খুৎফম্না
মথরাই হাপ্লবী চংথাল্লবী মূর্তি
ঐগী ইফমদা নুংশিবগীদমক
তৌবিমলগী অতোপ্পা থম থিরক্লি
তৌইগুম্বম্নং ঐদি হৌজিকসু তুকচরি
নুপীগুল্লবা তুরেলবু।

নোংজাই মতুং লেল্লকপগা মুমিৎনা তাম্নোকই থাজ
তাম্নোকই পৃথিবীগী অমম্বা
মরাইবক্তগী হুমাং শিন্থর লোমীনা মুল্লকই মপুকচাক
সনা অহিংবা মাল্লবা ফোঙাং, মলেমগী তম্পাক্তগী,
মুংশিৎ-মুংশা চপ মান্নহন্নবগী যন্ত্র খিল্লিবগুম
থেৎনবা থমদে অহিং-মুংথিলগী মথোইগী মশাদ।
লৈহিং মনম্না হকচাংগী তোঙ কয়া ফাউনা হাহল্লকই
যৌবনগী মুংঙাইরকপদা খুৎথেক হাপ্পী লৌ কোক্তিরবা লমগুম
করিগুম্বদা নোকই অতিয়াগী থাজদা যুমলেপ্পিংহ্নুনা
করিগুম্বদস্তু কপ্পী অমম্বদা মশাবু মশান থিব ফংদ
খুৎমচা মঙাগুম্নবা প্রকৃতিগী মীৎয়েংনা মুল্ল পুবীথি লোইনা
বিবেক মাংহনথিবগী মৈচাক্লা কপ্পী শাদাম্বগী শঙ্কীগুম্না
কপ্পী মুংশিৎনা হুমদোকথিবা পাউজেল চেজেক্তা ইবা
শাজিম্বা ময়েক থরগী মায়োক্তা লেপ্পা ঙমদ তুমিন লৈবগী
পুন্সি শীম্বা লোইশিল্ল অরোইবগী ফীজং থাদগে তৌরক্লিব
থক-থক নিক্লা থাংলিবা পুঙমত্র মথরাইগী দৃশ্য অদু
কনাননো য়েংগদৌরিবা ?

## মুংশিবগী মূর্ত্তি

হৌজিক মতম লৈতরে ঐগী
উফূলদা শাথিবা কাউদনবগী স্মৃতি
কাঙ্গৈথরে ঙসি ।
তৌইগুম্বস্নং
হৌজিকস্তু শেমজিনত্রি
রাজরক্লবা হকচাংদ
তু-খ্যাউ চুংহল্লি
ফদি-ফরা শেংলিবা সোরারেন য়েংই
মৈচাক থরনা মহুম শাহুনা লৈ থন্নুং ।
মুংঙাইবা হায়বা রাহৈশিংসে
থাবল ঈপোমদা তাউথখিহুনা
ইমোন থন্না
অমম্বা হৈজিল্লম্মগা চৎখি ।
অহুনা কিবনা নিক্লবা থস্মোই
মঙ অমস্নং মুংশিবগী
মুংঙাইরবা রাখলহু
লোন্না অহোবদগী য়েংঙকলি ।

## বাশক-বারেপ

কোরৌগী মৈরি মুথংতুনা চংওকই সন্ধ্যা
মায়থোং লাংশিল্লবা থাসি অতিয়াগী মথাদনি ।
লোইবী চীংগী অকুং-অতোং মবক্তা থাজগী মঙালগুম
কায়রবা থম্মোইদা হুগী মৈচাক হাপ্লকই মাংখ্রবা স্বরনা ।
লাল্লুবগী তুকথরবা মীকুপতুগী অমম্বদা
রাথলবু তোপ তোপ্পা রাজ্য অমদ থম্বা ওম্বা
লিক্লী কয়াগী ঈথেং তেংথোকই
লোইনা কাউরগে থন্দুনা ,
অতুমক্তদা লেপ্পা লৈতে অকায়বা লিক্লীগী
থম্মোই শোক্লবা মীরবা ঈশৈ ।
মতমগী য়াওল মতুংই ম্না
তপ্পা তপ্পা মখুৎ থম্লকই অহিঙনা
চেংহী মনমগী শম্লাংলক্তা
লিরি লিরি হুমবা
মলয়া নুংশিৎকী মনিল তওলগুমই
মত াতুদা নোংঙাল্লমদাইগী সিঙ্গারৈ
পোয়ম্বদগী থজিক থজিক মমিৎ পাংথোরকই ।
থল্লি মাগী বাশক-বারেপ
করিগী অস্থুক য়াম্না লাপ্লখি্রবনো ?

শমখিত্রবা প্রেম

মতম অমা অহুম্মক হৌখি
অলানবা লৈফম থিহুনা নঙগী ।
নঙগী থম্মোই লকাদ শাৎপা লৈরাংগী লৈনম
ঈরিক্তা তিনবা হৌখরে
অস্তিয়া অমস্তুং পৃথিবী থাদোক্লদবদগী
ঐগী রাখল মথক-মথা ওল্লকই
মীৎলু অনি থুমহৎলি পীরাংনা
অমস্তুং চিন্নান অনি শোক্লম্লগা চৎখি ।
নিংথমথাগী মৈগী ঐ মঙাইত্রে নাপল
খাঙনখ্রবা প্রেমগী
ডাকপীযু হায়জবগা অমহানি
লোৎতুনা থম্লকপগী
য়াম্না রাজরক্লবা মীৎয়েংনি
নঙদি খঙলিবনি
কয়াদি কুইরে মৈনাক্ত ফয়ক্তিব্রা
ঐখোই অনিগী থঙননা ফমীনবা উরক্তিব্রা
প্রেরণাবু মঙক মেৎতুনা হাৎলগা
চথত্তুনা লৈনরি মতম খুদিংমক্তা ।

ঈশিং ঈচাউবা

রেল লাইনদ' মতোঙ য়াউদ্রবা মূর্ত্তি হনগুম মরেঙ-মরেঙ চৎলি
মমা ওইবীগী থোমজিন্দ অমৃতকী মচুত্রা ঈ-নায়
তৌর্ব্বানগী লৈত্তোই মরক্তা ময়ুম লিংওম্বা অঙ্গাম্বা থরোয়
ঙাই থ'নগদগী কাউশিন্দ ভাক্টরগ। য়াম্না লাপ্না চৎনৈ ।
অতিয়াদগী শংবান্নর মচু মাংলকপগুম ময়ুম লৈনরক্তে কনাগী
মফম কয়া তোখায় তাহল্লকই ফজরবা মানচিত্রদগী ।
মায়কৈ মরিমক হা হা লাউনৈ, লৈরক্তে ময়ুম, মফী, মচিঙ্গাক
মী ওইশিংতুগী মমোন্দা মুংনাংহল্লি— "করিমু'গীনো তৌরিদিবো ?"
ঈথক্কী অঙাউবা জগোই, ঈশিংগী হুমুক থারবা মরিংজেল
কনাবুম্ব হল্লা য়েংওমদে হায়বগী ময়ুম-মকৈ থাদোক্তুনা চেন্নৈ
থাজনরমদে ঈচাউবনা ওইজ থিরকপদা লোইনা মাংলকনি।
যুমথক্কী কুমরান ঈরারুদুনা অমুক লুপ অমুক ফাউগং তৌরি
দৃশ্যনি হায়বগী লিন, হংঙোই, তিল-ক্যাংন হয়াওজবদুনি
লৌ পান্দোং, ফৌ চরোং ঈশিং থকমন্দগী মপুক কামথৎলে
অদুবু অঙাংশিংদি হজ্জিন-হজ্জিন ঈকুপুনা শান্নৈ লৈনাংদ
ঙা ফারগা লৌদুনা চায় মপুক লায়রকপদগী ।
থংহৌদনা থুংলবা নাপল কারবা ঈশিং ঈচাউবা
মরম ফংনা মাংহল্লকই প্রকৃতি অমসুং তাইবংমীগী মংলান
চহী-চা কয়াদগী ঙাইদুনা লৈরম্লবা চাকতাংবগী মতৌগুম ।

লায়না পোকহবা

সমুদ্র শীৎপদগী লাইয়াম্না কংই
অমম্তকী চফু
লোমীনা সনাগুম্নবা ফো
ঈশিং শীতুনা লৈখোমদা লো লিংবদগী ।
অতুগা ঐদি ?
অরা-অনা, অরাম-থোরাংবা ,
অরাৎ-অপাগী খুদোংথীরবা লাংদ থুহনা
য়েৎশিল্লকথি থরাই হকচাং লোইনা ।
অমম্বা ঐনা হৈনৈ
য়াম্না মুংঙাইহবা ঙম্মী
কনানসু উরগা
মচিগী মীশিংদি হায়বিদনবা
মতিল শীংনিংবগী মত্তমতু
থজিক্তা ফাউবা ফংখিদনবা ,
অতুনা ঐদি রাখলদা চম্মগরবনি
পন্সি অসে ফরিগী
লায়না পাকহল্লগা হীংবা তারিবা ?

সমুদ্র থিবদা

নঙগী মীৎলু অনিদা উরম্মী ইশামক, হুমিৎতুদা ।
ঙহিঙ ঙুংথিল মরাঙ হৌহল্লি মতুগী স্মৃতিনা
অমস্থুং মপান নাইত্রবা রাহংগী পুন্সি ওইহল্লকই
চাব ফম্বদা অমস্থুং তুম্বা চংবা মতমদা নঙতবু ।
তৌইগুম্বস্থুং— কম্রিস্থু পাঙল থোকখিদে
নঙদি লাপ্পা লৈখিবনা— য়াম্না অথাপ্পদা ।
থম্মোই কাঙ্গৈরবা মীনোক অমগী মতুংদা
কাঙ্গৈহৌরকই রারকপগা নোইননা তনথরকপা, থাজরক্তনা
অমস্থুং অমস্থুং মতুগী মতুং
মমল য়াউরক্তবনা থুমহৎলক্লবা পীরাং চায়রুংথক্তা ।
মীৎ উইশিন্নগা শাৎকায়রকহ থম্মোই লৈরাং
ম'ম তারকই হকচাগী শিংলি খুদিংমক্তা
মীৎ শামহল্লগা শান্নে ফোংব ঙম্নরোইদবা কেকোৎলোৎপী ।
অমম্বগী শুক্লবা কা অমদা ফাজিন্দুনা থমচুনস্থ
খোঙদ থোংলম্মী নঙগী প্রেমগী য়োহলি,
অমস্থুং চাউখৎলবগী চাউথোকচনিংঙাই মফমদা
শুক্লা মম্লবা অহিঙ অকিব ফংলবা মূর্ত্তি অমা উবদা
খোঙ অনিসি চংলম্বদগী চপ লেপখিরম্মী
নঙগী থম্মোই সমুদ্র থিব ফংখিদবদগী •• ।

লৈ পরেং হুক্তুনা নঙোন্দা

নঙনা তন্বীখিবনি— ঐন্নু তমখি ।
মচুগী লৈরাংশুম তথোংলবা পুন্সিগী
পিথোক-শিন্নি অঙ্ক থোংপা
অমত্তুং করিগুম্বদম্নু কাউকোক্তনবা ।
নঙনা পামখি মচুগীদমক করিনো থরু ?
পিথোকখি—
থম্মোইনুংদা লোংতুনা থম্নবা
অঙাংবা, অশংবা মচু কয়াগী
মমল নাইত্রবা পোংশকী চার ।
মতমমচুদা ঐদি থঙখিদে
নঙগী থম্মোই শোঁদোকই মতম মতমদা ।
নখুৎ অনিনা খুজোক্নগা
মীনুংশিগা লোইনরবা স্মৃতি
হায়রকখি তুমিন্না
ঐসে হৌজিক ইথস্তা ওইত্রে
কয়াগী হরাও তয়াম্না
নুংশিবগী মমি তাহল্লকখি
তনৌরবা রাথল্লোনদা ।

## ঈহৌহবা শুর

অৱাবনা তম্পাক্তা ভাথরকপদা চন্মন্‌হল্লি নঙগীদমক
ইনাক্তা লৈরকই অহিংচুপ্পা ।
অম্নুম্না কয়ানি ইনাক্তা থমখি । উন্নবা ফংখি ।
মতুগী মশিং খিঙমদ্রবনি ঐখোইগী ।
মপুন্সি লোইরক্লবা মোমগী মৈঙালদা ফম্নগা
অঙৌবা চেবাঙদা করি করিনো থর ইরকপদা নংঙোন্দা
ময়েক খুদিংমক্লা ৱাহং অম্মমম থাঙগথলকখি
"কুমলৈনাগুম লোইনরক্লবা মসিগী অৱা কোকথোঙ
অতৈ হুমিৎ কয়ানিগা ৱাৎলিগে শিন্থা লোইগদবা ?"
ঙরাং মরূপ অমনা খুদোল তম্নকখি অঙাংব গোলাপ
ঐদি খঙলমদে মতুগী অর্থ মতুগী ইতিহাস
তৌইগুম্বমুং খঙবা ঙম্নকখি মতম অতুমক্তদা
নঙনা ঐগী ইনাক্তা অৱাবগী শরুক য়ারগনি লাক্লমখিব ।
অতুগী ঐনা থৌরাং তৌরিবনি তহা-তহা
হঙগাম মপানগী ফুরিৎ, তেরা মপালগুম্নবা শানু ফনেক
নংঙোন্দা নুংশি খুদোল ওইনা তম্নিঙলুবনা ।
মপাঙ্গল কল্লবা ৱাশক-ৱারেপকী
আত্মাগী মিলন অতুথক্তদি ওইখিনবা ।

# প্রেমগী ঈশৈ অমা

ঈশৈ কয়া, মূর্ত্তি কয়া য়েক্লুই
শংবান্নবা অতিয়াগী মথান্নংদা
অমস্তুং নীংঙৈকখিদে লৈচিল্লক্তা মাংখিত্রনা।
কোয়ৌ ফীত্রপ হুল্লকনি, লৈচিন লৈরক্লোই
অদুবু লৈচিনগী মৈখুনা চিংলকপা লৈইনা
থম্মোই অনিবু শন্নবগা অমত্ত ওইহল্লকপত্রদি
করিগুম্বদস্থ মুথৎপা ওল্লরোই,
অদুতগী লুনা তৌরুবনি, পুন্সিচুপ্পগী ইনাক্তা থম্নুবনি
তাইবংপান অসিদা অনৌব যুম লিংখৎনিংত্রনা
করিগুম্বা নংগী প্রেম্না অহিং লিক্লাগী
কপ্পগী মখোল থোর্কহল্লকবা
অদু ওইর বাইদি থম্মোইগী উনাগী থাংপোকশং
হমুববা অতিয়াগী তাসনা শাব মযুম ওইরকনি
ঐনা খংলমদবা পৃথিবীগী মুঙশাম্বোর শারি-শারিবা
মৈখু ৎল্ল পায়খিনি চীঙগী নাপোমথক্তা,
মতমত্রদা নঙগী পিরকখিবা খুদোল
পুখ্রীগী অশুবা ঈশিঙদা
মশামকী মবল ওইহনখো।

## থম্মোই অনী

থাবলগী কবোক চায়ম্বগুম পুমঙৌ ঙৌরবা ঈপোয়ক্তা
ইশাবুস্ম থিব ফ ঙক্তে
অথংবা থর নৈরন্মী থংদবগী ময়ক্তা
পুম্নিগী অহাম্বা ফংবা ময়ায় কারবা সমক্রুগী ।
নঙ য়েংঙকউ য়ামদ্রবদা অমুক্তদি
মতম করম্না লেপ্লিবা উইরি-উইরি পাংনিংদ-পাংনিংদ
ক'রি থিরুবদা করি ফ'ংলি ঈহিং-নাহিংঙক্তা
নঙনা পিরকপা থম্মোইগী ওমচাকুবা মৈচাক
লোৎতুনা থম্লি মুংশিবগী পাত্রনা থুমজিন্দুনা ।
তখিং-তখিং মথরাই য়াউনা থিন্দোরকপা
কবিতাগী কল্পনা ময়োলনা
পামদবশিংদু লংথোকখিনবা হোৎনৈ
চিম্বান্দগী ঙংলক্লিবদি নঙগী ঈশৈ স্বর অদুত্তনি ।
পৃথিবী থুঙনা য়েল্লয়গা চংখি অমম-অঙান
কবিতাগী অরোইবা পরেংদি
ছন্দ য়াউদনা তাদুনা লৈ ।
শিদোক্লবা হোৎনৈ নঙগী থম্মোই কোমুঙ স্মৃতিগী
নঙগীদমক মুঙতিগী থল্লি
নংগী ঐগী লাপ্পবা কয়াম্নগীনো ?

## মতম

করিগুম্বা মথৌ তারকপা মতম অমদা
দলালগী সিঁডিদা কাখৎলগা
চুমথ্রিং চৎলুবদা নং থিহুনা
নোংথক্তা পায়রকখি
পাতক তৌরবা লৈচিন
ঙৈহাক লৈত উরিবা লবুক্তা
শাৎলকখি মনম য়াউদবা লৈ ,
নোংজু পাম্থা নত্তহুনম্
নোঙ তারকখি
থম্মোই চেক্লাগী খোঁরাংব হেনগংলকখি ।
হৌজিক নং লাক্লো, তুম্লরো
ঐগী থবাক্তা মোনথাংনররো
য়েংঙু রারোল কয়া
ইমোনদা কিশি কিশন্দুনা
কনা থংহনদ লোৎতুনা থম্লিবা
থম্মোই থুগায়থোকউ আশাগী
অহুম্মক কেনখিনবা মচেৎ-মচেৎ
লোনম ভৌব ঙয়ক্তনবগী মতুংদা অমুকা ।

## সনা থিকথবা হুংশা

সনা থিকথরম্বা হুংশা, সিন্দুর নম্মকই সন্ধ্যাদ ।
ফজবগী চাংদম লৈত্রবী মহাক্তি ? নোংঙাম্বদগী ঙাল্লকপগী
মুশি-মুশির মঙালনা খোংদোয় হুল্লকই ময়ুমদা ।
উচেক-রায়াগী পুক্লিং হুর ঈশৈ লোৎতুনা পুজম্মী
মালংবদি—অথাপ্পদগী য়েংহৌই নীংঙমদনা ।
শংবান্নরবা অতিয়াগী থিকানা তু-চুংঙকপদা মাংথিরম্মী
থম্মোইগী ককঙাউনরবা সমুদ্র খোংবানগী স্মৃতি
তমথিরবা জোয়ার কারক্তুনা থুগায়রগা পুৰিথি ।
অতুমক্তদা থল্লকই হুংশি লৈপুনগী মরক্তা মহাক
মপান নাইদ্রবা মৈচাকী পুঙমদ্রবা ঙাকলৌনি ।
চৎলমদাই মমিৎনা ঙৈহাক লৈত ইঙ্গিত তৌরকই
হয়েং অমুক্তা উন্ননিংবগী মফম অতুমক্তদা ঙায়রম্নবা
তঙ তাদ্রবা মথম্মোইনা কনা খংহন্দ লোত্তুনা থম্মী
অশংবা নাপীথক্তা সনাগুম লোৎলম্বা হুংশিবা ।
অতুগী হন্না-হন্না কয়ারক লৈথোক্তুনা য়েংঙকই
মসিগী উন্নবসিনা অরোইবগী নত্তে হায়বগুম ।
অথাপ্পদা অস্থুম অস্থুম কুংশিল্লকখি
লৈরকী মহুংদা খুৎশম্নহুনা চৎলিবা
পুক্লিং লৈথা তাহম্বা ঙমদ্রবা অমম্বা ।

লমলোং অহুম তিল্লকপা

বসন্তগী অহুগুম্লবা থাবল ফরবা অহিং
মথোং কাম্লকপগী জোয়ারদা
মপান নাইত্রবগী নুংঙাইবা ফাউরকই
অনৌব আশাদ পুন্সি ওইরকই
শংবতা ঙায়রক্লিবা মচু ।

মঙদা ঙাউরবা
মমিৎ তাংলবা পৃথিবীগী মথম্মোইদা
ইমোনগী চেক্লা শাথপ তল্লকখি ।

ফৈরেন থাগী মথল-মথেলগী মচুদা
খর-খর অস্লুম্মক মমি লৈরকখিদে
হকচাংগী শিংসি থুংনা চংথ্রবা
ঈরিক কয়াম তিনথ্রবা মচু
কৌথ্রবা, লাকদৌরিবা
অমসুং চৎলিবা মতমগী
লমলোং অহুম তিল্লকপাগুম্লকখি ।

ঐগী নুংশিবা

নোংমদি নুংশিবগী মং ওইখিনি। মতমদি খংদে।
চীংথক্তা কুমথরকই অতিয়া,স্বর্গগী অপ্সরাগী অশংবা মমিৎ
নুংশিববু তেকহৎহল্লকই অথাপ্পদগী।
তৌইগুম্বস্তু ঐদি উখিদে। করিগুম্বদস্তু, হৌজিকস্তু
অহুনা হকচাংদ তৈশিল্লগা থম্লিবনি মহুগী মনম।
মনমহুনা ঐবু অনৌব পৃথিবী অমগী চীদাইদা পুরগা
পুন্সিবু ওইহল্লকই ককওাউনবা।
নুংশিবগী মমিৎ থৌই থম্মোই থোঙ হাংই য়েংঙকপামক্তদা
মোমগুন্না শোঁদাকই থম্মোই, শহুম লাংঙকপামক্তদা
ইথম্তনা খংঙক্তে অতিয়া অমস্তু পাতালগী খেৎনবা।
ঙাল্লিবা আশাগী থাংমৈ, মোং হাত্রবা নুংশিংনা মুথত্তুনা
কাং-খোং চায়হল্লক্কই মঙ ঐগী।
মৈঙালগী থরাই শুমহৎপা প্রেম্না লাম্বা ফংদে হায়বগী
মমিৎ উখিদ্রব্বা হৌথ্রবু নিংশিংলিবনি ঐনা ঙসি।
মহুগী নুংশিবা, ইথং খংহৌদনা শেমগৎখিব নোংমা
য়ান্না রান, যাম্না লোন্না, মাংখিবা য়াই নোংমদি
নীঙমদা নীংঙমদা মৈশা লাংলবা ইমোন কাউথোক্তুনা,
মতমহুদা খংঙক্লোই মহুগা অতিয়া, চৗংগী থম্মোই শুমহৎপা
কাউবগে থল্লকপগা কন্নী থরাইনা অনুতাপ তৌহুনা
অহুম্মকপু থাজবা ঙম্মী, নুংশিংসে ঐগী থরাইদগী অহেন্বনি।

## মঙগী মবেম্মা

পুন্সিগী নুংঙাইরবা মঙ মংই ঙরাং
নোংজ্জাই মতুং নুংঙাইনা তুম্লিমৈঙে
ইনাক্তু ফম্লগা কপ্লম্মী মহাক
হৌখ্রবা স্মৃতিদা মমোন চম্মম্নহল্লক্তুনা
অশেংবা প্রেমগী সাক্ষী অমাগুম্না ।

নোংমা ইখং খংহৌদনা মহাক্কা উন্নংনি
পাপ চেন্দ্রিবা নরা মথাদ কোম্লগা লৈশাবী মান
মথরাই থাগদগী চোংথগে তৌরম্মী তুবেলদা
মপাঙ কায়নরবা পুন্সি কন্নিংবদগী
রাশক-রারেপ্লম্মী নীংঙমদনা
মহুগী মতুং উন্নখিদ্রে করিগুম্বদস্নু ।

পুন্সিগী নুংঙাইরবা মঙ মংই ঙসিস্নু
মহাক্কী থবাক্কা ঐগী থবাক্তা
ঐগী থম্মোইদা মাগী থম্মোই থম্নগা
ঙসিস্নু মঙলানগা শান্নমিনৈ
ঐগী য়াম্না নুনা তৌজরবী মবেম্মা ।

ঐগী য়াম্না পামজবা

কয়া কুইরবগী মতুং খংহৌদনা উন্নবনি নংগা
খল্লু নীংথিন্না; নউম্না কুপ্নিবা হকচাংদা
করিগী ফীজেৎ-লৈতেংগী স্বোর হোলহল্লিবা?
অমম্বনা লিৎথোক-লিংশিন শান্নরিবা নাপী ময়ক্তা
করিগী খোঙ পুৎখহল্লিবা চখৎকে তৌবদা?
য়েংউ ইশাগী ইমিত্তা করিগী উফুল চায়বা ওমত্রিবা?
হান্নগী লমচৎ-শাজৎ থাদোকখিঙ্গী খুদোংচাদব করিদগী?
কনান ফু লাউনা কান্নকপদগী মুৎলিবা ভাল্লম্বা থাংমৈ?
ইনাক্তা চংশিল্লক্লো, ঐগী খোঙথাংগা মান্নহল্লো
য়াম্না অথাপ্প মফমদা খুং শম্নর চৎমিন্নরুশি
অতুগুন্নবগী মফমদা থজিক্তা ফাউবা লৈথিদ্রবা
য়েংথিবা, তমথিব, লাকচা-খুঙ্গম, অফা-অপুন।
পুন্সিবু লুনা তৌরগা কাউথোক্লবা হোৎনসি তাসকী য়ুম
মতমতুদা কনানসু খংবা ওল্লোই কদাইদগী লাক্লিবা?
ঐখোই অনীনা ভায়গনি মনিং তন্না হুন্নকপা মালংবগী।
খল্লকই থম্মোইগী পিক্লবা তুরেল মচা অনীসিনা তিন্নরগা
শেমগৎলসন্নু সমুদ্র। মীৎকুপ থরগী মতুং নৈ শাৎলক্তুনা
রা-রা লাউবা নৈগী থম্মোই শুমহৎপা নৈনমতুনা
পৃথিবীগী কাচিন কোয়া থুংনা য়েনখিবা ওন্নবা।

ইমাংমক্তদা

মঙ ঐগী মাংখরে, লৈহৌগ্নিবদি স্মৃতিতনি
বাহং ঐগী লোইখয়ে, ফংগ্রিবদি পাউখুমতনি ।
নংগী মোইথেম্না মীৎকুপ খুদিঙদা
পুজমত্তুনা চৎলি শক খঙত্রবগী সমাজ অমদা
মফমত্তুদা খোয়াংলবা ইমোন্না
ঙৈহাক্কী পোংথাহন্নিংবদগী ।
থবাই য়াউনা য়েকথিবা মূর্ত্তি মঙদা ঐনা
কাউবা ঙমদ ঙুঙশবী
পুন্সিসে ওইরবনি মত্তুগী মৈচাক্না অনাব ।
য়েঙউ নঙগী থোংজিন্দা তুমিন্না লাক্লিবসে
লম্বীগী ভিক্ষানিবা শারত্তুনা
খঙবা ঙমদে নঙনা করি থল্লিবা ?
হৌথ্রবু তত্তুনা নিংশিংলগা
জ্ঞান মাঙলক্তুনা চম্মসরকই ।
পোকপা-শিব হায়বসে মীওই মপোক্কীনি
অত্তুম্মকপু আশান থন্নুঙ থলহল্লবনি ,
হীঙত্তুনা লৈরিবনি
নঙবু ভাবনা ইমাঙমক্তদা ফমহল্লগা য়েঙত্তুনা ।

খংদে ইঙেল্লে। ঙসি করিগী নিংশিংলক্লিবা।
নহান্ লৈচিল্লক্কা থেক্কা-থেক নোংগা-নৌ হায়থিবনি নংনা
সুমিৎ থোকপা কয়াগী কজে, কয়াগী য়েংবা সুংঙাই
ঐদি থাক্করমদে অস্থকী মীৎ থকহল্লমগনি হায়বা।
নোংচুপ অতিয়াগী মমিৎ পাংনিংদ্রব মথম্মোইগী
মরাইবক্তা সিন্দুর নমশিল্লগা ময়ুম চংথিবগী দৃশ্য
খংদবা কনাদদি করিস্থ লৈতনা থন্দোক্লম্বা য়াই
তৌইগুম্বস্থং কয়াম্নগী থম্মোই মৈচাক হাপ্লগে
কয়াম্নগী অরাবনা থল্লবা পুন্সি য়ারী লোৎলিবগে
নঙ ঐ নত্তুনা কনান খংনগদগে ?
নংগুম্না কয়ানবু খম্বা ঙম্নগদগে ?
ঐদি উই ময়া কাথোক্তুনা চাগদগী ঙায়রিবা পাপীশিংনা
হীংচাবগুম্না ঈ অহিংব চুপকদগী হোৎনরিবা নীংঙমদনা
অমম্বনা ইনাক নকশিল্লকপগা কিক্লুনা কন্না লাউই
ন দি করিস্থ খঙদে, মতমত্নু নঙনা মঙ মঙলিঙনি।
কপকস্থ ইঙেল্লে কপকস্থ, তাইবংপাম্বগী সুংঙাইবা থাদোকন্
নং লৈত্রদি থম্মোই অতিয়াদ কোরৌনা খোঙদোয় হুর্রোই
পুন্সিগী নাথৈ তাহন্দবশিঙত্থ তুংওইনরগা মাঙ থাগৎকদবনি
পন্থুঙকম খঙদবা লাম্মীনী ঐখোইদি অনৌব পৃথিবী থিবগী

## মণ্ড ঐগী

অহিং, থেংলবা অহিং
মণ্ডগী রাজাদা শান্নরম্মী থরাইনা।
থাবলগী ফীঙৌনা ফীরুক খুম্লিডৈ
মথম্মোই ঈহৌরকই ঈথক্কী মতুং ঈথক
তৌইগুম্বসুং কদাইদনো মহুবু ?
মরোল থোক্ত্রবা মৈচাক্না ওনিকহল্লি চিম্বান
শামু তিংখঙগুম্না যুরকই রাথল
ঐগী মীৎয়েং অস্থম অস্থম লাপথোকখি
ফজবগী আশাদ
অরা কোকথোঙনরবা পুন্সিগী
শাগৎলম্বা ফুরা দলাল
কিম্বরকখি মতমহুদা,
জা-ন চিকশন্দুনা চিম্বান ঈ থোরকখি
মীকপ থোক্লক্তুনা য়েংবদা
মোনদা ঈ তোৎলম্মী
ফমু গী মোম্পাকফিদক্তসু
ঈ-না ঙাংলম্মী।
মোনদা মোনখাংনরগা কপ্পকখি
মণ্ড ঐগী।

নুংশি খুদোল

ঈকায়থিগল্লবী মেম্মা। মরুপলোই ঐগী
ঙসি নঙগী ফজরবা তাংফমসিদা পুন্সিগী
করিস্থু লৈতে পীনিংঙাই ঐগী ওইনদি
কর্ম্মা পেনগনি হায়রম খঙদে থরাইগী।
অহিংগী অমম্বদা মতম থিনৈ মীওইবনা
কৌখ্রবগী হুমুক থারবা মৈংকুপ কাউথোক্লুনা
থম্মোই ঈহৌরকই মথোংকারকপগী বসন্ত উৎসবতা
শুমহৎপা ঙম্বগী স্মবনা পুন্সি লোইনবীগী মথৌতাবদা।
ঈকায় থাংঙমদা নমায় ঙশং ঙাংশিল্লবী ঐগী
মলানগী তঙাংলবা কোরৌ থোরক্লে নরাইবক্তা নংগী
হকচাঙ লৈতেঙই অনৌব ফীজোললনা মো অনৌবীগী
অসিবুনি লৈপুন্নি হায়না খঙনরিবত্ত পুন্সিগী।
য়েংঙোই। মসিদি হৌগৎলকপতা ঙায়রিবনি
অরা-নুংঙাই পোৎলুম মো-চামানগী মথক্তনি
লাইনিংঙকপদগী থরাই রাজনা নংনা ফংবনি
পুন্সিবু খঞ্জবা মতু, ইন্না লুচিংনবা হৌংনগদবনি
নুংঙাইবগী থাঙমৈ, হীরাগুম্না ঙাম্নবা চুখৎকদবনি।
নং ঙসিদি চৎথ্রনি লাপ্না য়াম্না অথাপ্পদা
থম্মোইগী মীৎনা য়েঙবদা উখিদ্রবা মফমদা
অহুনা ঐনা মীৎনু অনিদগী শিন্থরকপা পীরাঙনা
থৌজালহৈবগী মখোং শোয় নিজরি নঙগী নুংঙাইহন্নবা।

## মরিচীকা

শুম চাবদগী মরাই লুকথরবা কল্পনা
নোরোকী অবা-মৈশাগুম্না কনা খংদ মালংদা তিনখি।
খোঙ থাঙুই ইথক্তা থুন কোংনথ্রব লৈরক্তা
স্মৃতি— থম্বাল ওইনা শাংলকই
ঈশিং কংখবা পুথ্রীদা,
অয়ুক অঙবগী কাকুম্না হৌদোক্লম্বা
মতুগী বিসর্জনা তৌথ্রবা মূর্তিগী।
বীণাগী সুরগুম্না খোংনৌরবা
নোংঙাল্লমদাই ঈচিক হুল্লমদাইগী
মলয়া সুংশিংকুম্না হকচাং তেকখৎহম্বা
মতুগী থম্মোই শুমহৎলবা সুরগী
খোম্থাংনা মৈরকপা অকন্বা শাকুদা
ওসি মরুভূমিগী মরিচীকা ওইরক্লে।
করিগুম্বদা চীংনবা পোক্লকই
মসিগী ভরাম-ভরাম ওক্লিবা থম্মোইগী
নীংথিরবা মঙনা থল্লবা স্মৃতি মৈ থাদোক্লকখিতুনা
পুন্সিচুপ্পা শাগৎলকপা আশাগী
মূর্ত্তি অতুমক্কি থম অস্নুকুইবা থম্লকপা
ফীভম কোংখিগদরা মৈতাল অরাবদা ?

অমুক্তং উন্ননিংবদগী

অথংবা খোংকাপকী খোঙ্গুল মাংথিদুনা লৈঙোই মরক্তা
লৈ চার অমা লিংঙুই সাক্ষী ওইনা!
লৈঙোইগী অকংবা মুংশিত্তা কংশিল্লকখিবা য়াই
শিখিবসু য়াই লৈবাকী মনম ফংদত্তুনা
নত্রগা ঈশিংগী মহাউ তংবা ফংদবদগী
অদুবু তুমিন্নদি খল্লি মুংশিবা ওম্লবদি করিসু রায়াম্মোই
কৈদৌউঙে অরেম্বা ওইফদে তাইবংপান অসিদা।
অদুনা মতু গী আশা থম্মী শোইদনা চাউরকনি
মরা চৎলক্কনি, অদুগী মতুং শাগৎলক্কনি
স্মৃতি ঐখোই অনিগী। মতমদু ঙাম্নরিবনি।
মতম হৌখি, অহিং থেংজিল্লকই
আশাগী মূর্ত্তি কায়রকই-থম্মোইমুংদা
মঙ ঐগী মখোলদু থিরকই। অফা অপুন কয়া নমথাইদুনা
মনাক্তা কৌশিল্লি। অদুম্মকপু খল্লি
ওঁস ঐসে লিশিং কয়াগী মায়থোং উরক্লবনি।
মদুগী মুংশিবনা ককওাউরক্তনা
ঙৈহাক লৈত থিদুনা লৈরি লেপ্তুনা
য়ামদ্রবদা অমুক্তংতদি উন্ননিংবদগী।

অনৌব চারগী অনৌব মরু

খোয়হী চুপ্পিডৈ
মাগী মীনোক্লা মকা লাম্মকই
ঙকচায়রিবা মশাদ জোয়ার কারকই
থম্মোই চেক্লা পায়থোকহনখি
মফমদুগী অচিকপা তোর্ব্বান্দ
মীৎ উইশিন্নপা নিংশিংলকই
পীরাংনখিদ্রবা চহী কুনতরেৎকী
মফম-মরাং খংহৌদ হৌরকখিবা
মশাগী করিস্নু থয়কখিদ্রবা—
স্মৃতি, ফজবা-অথিবা, অপেন্না-পেন্দবা
অমস্নুং ফীভম লেপ্পা-লেপ্তুবা।
মদুগীদমক চীক্লা থল্লিবনি
থম্মোই হোংলসনু মপুং ফারবা মথোৎকারকপদা
বসন্তগী কোক্তুবা মচুদা
পুন্সি পুমম্নুপ লুপথুসনু
হকচাংদা শোকপগা তু-চুং হল্লসনু
চিন্বানগী থেংবদা ময়ায় কাবগী মুংঙাইবা,
অমস্নুং মহৌশাগী খুৎশেমদা ফীদয়সনু
অনৌব চারগী মাররোইদবা অনৌব মরুনা

## মঙগী শুমহৎপদা

কবিতা ইগে তৌরকপামক্তদা লেপ্লন্মী
মীৎলুদা স্মৃতিগী চনৈনরবা রাহং কয়াদগী
থম্মোই মরাং হৌরকই ঈচাউরক্তুনা ।
থবাক্তা নীংঙাইদ থেংই ফোং-ফোং শাব মশান
ফ্রা-ফ্রা তারিবা শন্নাংন চুপ্লকই নুংঙাইনা তুম্নিঙৈ
অতুমক্তদা ঐদি থবাই য়াউনা ঈরুপ্লম্মী মথম্মোইদা
পিক্লবা নুংশিবগী তুরেল ঈচেল
পন্থুংফম খঙদবনা তিনফম থিরকই
নিপা ওইবগী অম্মমত ওইবা রাহং
থমুংদা লোৎলম্মী মথোৎকারকপগী হরাউবা
অরাবনা পল্লবা মমিত্তা ফোংঙমদ্রবা মৈচাক ।
অতুবু কনানস্থু মীৎকুপ অমত থম্বীদে
অতুগী মহাক ঙসি মপুন্সিচুপ্পা ঙায়বতগী
মথোৎকারক্লিবী পুন্সিনি
মংলান্দা মংলাক্লতুনা ঈথোলাংলবী চিরকুমারীনি ।

থন্না খন্না অমুক হল্লি কবিতাগী লমায়দা
মতম অতুদস্থু মমি লৈতুনা লৈরম্মী
রাখলগী ঈপাকথক্তা ।

থংঙমদ্রবা স্মৃতি

নঙবু উনিংবনা হল্লক্লিবনি
য়েংখিবা খুদিংমক্তা নঙবু
ঙসিগুম্না অত্থক্কী মকা লামথিদে।
কবিতা কয়া ইথি নঙগী মরমদা
লৈরাঙ খোইমু পান্দম্লগা
মতম কয়া লেনখি অচিকপদা
নিপা-মুপীগী হৌনবী উৎতুনা
তৌইগুম্বস্তুং
প্রকৃতিনা থম্মোই শেডনা লৌশিন্নীদবদগী
তাইবংমীগী মনাক্তা লেপ্লা তুকৎচবকই।
ঙসি নঙগী নরাইবক্তা সিন্দুরগী মীনুঙশি উরগা
থরাই তান য়েঙলিবনি ঙক্সা
রাহুঙ অমান কাঈহৌরকখি
ক'রিগী ঐগী ওইহৌদে?
নঙগী কৎথোকপা ওম্বগী তৌবিমলনা
ঐগী প'রিচয় ফাউবা কাউবা ঙমহনখরে
মঙলান খরদা মাঙহন্নবা হোৎনরি
থংঙমদ্রবগী স্মৃতি।

## পুন্সিচুপ্পাগী

নঙনি থন্দুনা অহিঙসে অযুক ওইনা থল্লম্মী
থাবল মরক্তা কয়াম্নগী অৱাব নংহল্লম্মী
অতুম্মকপু অমম্বদি
তুমিন্না লেপ্তুনা লৈ মীৎকা-মীৎকা চায়নরগা।
নি শিংলকই ঙসি
নংগী নতম্বাক্তা অয়ো নাহেনীংথিবদগী
লাইশোন ওইনা তত্তনা শোনথিকা
নঙগী নথুৎমক্না অনাব সেবা তৌহন্নিংথিবদগী
কয়াগী পামজনা লাইনিংথিবা ।
নং ঐ অচিকপদা থুৎকা থুৎকা শম্নরগা
রাহৎ কয়াগী পাউথুম থিত্নুনা রাশকমীন্নথিবা
"ঐখোই অনিগী মুংশি লৈপুন পুন্সিচুপ্পাগীনি।"
নঙগী নথম্মোইগী খুদোল কবিতা
মতম খুদিংদ ঈশৈ ওইনা ইনাক্ত ঙংতুনা লৈরগনি,
অতুমক্তদা ইশাবু ইশান রারকপা ঙমদে
মশিং থিঙমদ্রবগী দগি
কোক নোল্লগা ফীগাউ শান য়াব তারকই
তৌইগুম্বম্সুং করিগী মঙগুম্না থল্লক্লিবা ইমোন্দা
করিমত্তা হায়ফম থংঙক্তরে হৌজিক ?

নীংঙম্মক্রবা

নংগী রাখল মাংলকই থম্মোইন্নুংদা
য়েংনা য়েংনা ইশাবুম্ব ইশান ।
ওমথিরবা শজীবুগী নোংলৈ-মুংশিংনা
হুমদোকখি ইমোনগী খুদোংথিব
শিংথাওমগ্রবা অরাবগী
শিংথাওমগ্রবা মীৎকুপ ।
মচুগী অচিকপা মকম
নং ঐগী নত্তনা কনাগী ওইথিগ্রবা
কয়ারক চৎলুরগা হল্লকই
নওবু ফংদবদগী
মচুগী মৈচাক্লা চাকথেকই থম্মোই ।
মফমচুদা তুমিল্লা ইনাক্তা লেপ্পী স্মৃতি
অতং-অথম লৈতনা শিন্থরকই পীরাং
তাউরকই থম্মোইগী অকায়বা মচেৎ
থিরকই নংতবু ।
তৌইগুম্বস্থং
কাউথোক্লুনম্ম হংঙুদে কনাদ
নীংঙম্মক্কে নঙগী—
খুদোঙথীব থর করিগুম্বদা নংঙক্রবদি ?

ৱাখলনা শাগৎপা মূর্ত্তি

হাং:দাক্লিংঙক্তে এলবাম অসি কাউথোক্তুনমু
ইমোনদা থোয়রাং খোইশাউনৈ; অকিবা পোকই ।
মুংশিবগী থৱাইমক্তি থন্ন থমজররুবা
ৱাখলগী তরু-তরু শাগৎপা মূর্ত্তি ,
মদোম তরক-তরক ঐবু ঙায়ডুনা লৈরমগনি ।
মখুৎ অনি তিংথোক্লগা চেজেৎ কোনশিল্লকনি
হীংনিংঙকনি থম্মোইগী ফোং-ফোং শাব ঈনিলদা
মাগী মখুৎ-মশা পুম্নামক থক-থক নিক্লা য়েংল
অনৌব মীনুংশিগী অনৌব ঈপোম লাংহল্লকনি ।
কয়াদি কুইরে তোঙান-তোঙান থাপ্পা লৈনরকখিবা ।
পোমলি পোমশাৎনবা চিন্নান অনিগী থোংল লৈরিক্লা
থম্মোইগী অথুপ্পা কাদ লোৎলম্বদগী থোরক্লগা
স্মৃতিগী চাংদম লৈত্রবগী অঙকপা শকলোন লৌরকনি ।

এলবামদা থম্লিবা লোম্না, য়াম্না চ্যেকশিন্না
অরোইবগী চেমায়মক্তদা অথন্নবা মূর্ত্তি অনিডুনা
মীৎলু অনিদা অস্থম অস্থম হৈজিল্লকথি লাঈজা ঈরা
মডুনা পাথরক্তুনা চেস্থরক্লি থৱাই-হকচাং চোংহল্লগা ।

ঐগীনি খনজবী

নংঙোন্দা করিনো খর পীখি।
ফংই ফংদে খংদে ।
খংনিংঙ্গনা ঐনা ভায়রি ।
নংদি করিস্ থায়দোক্লিংদে ।
পুম্নবা মুংশিংতা শম্লাঙগী চেঙহী মনম য়াওরকই ।
অতুনা থাজবা ওম্নী শোইদনা নঙবু থিব ফংখিনি
নাপলগী লিকশিল্লবা নমিৎতা যুহনগনি স্মৃতি
লুংশিবগী থম্মোই শোঙ্গরকপদদি
কাউথোক্কল্লক্কনি নঙনা করি থল্লম্লিবা।
অতুম্নদি ওইরগা মনিং তম্লক্ত্রবা মতমসিদা
নঙকু ইনাক্তা ফংদ্রবদা
করম্না হীংগনি ঐদি ।
লশিং মফোলগুম্লবা নখুৎ অনি পায়শিল্লগা
হঞ্জিন হঞ্জিন হায়নিংই
পুন্সিদা সন্ধ্যা ওইরক্লবস্ কিরুবা নৈতে
নঙগীদমক্তদি থরাই অসে হীংহন্দুনা থম্লিংই
থম্মোই অনিগী মিসন অচুম্বনা
ঐখোই অনিগী ইরমনি অশেংবা ।

তন্দেমান্দে পাঙনিংদ্রবা মীৎ পাংথোক্লগা
কয়ারক ইরগা শেতংখি থাবল ঈপোম মরক্তা
ঙমথিদ্রে ইমোনগী শোম্বরকপনা ক্করিস্থ পীব।
নোঙমা খনখি-ঈশিং ওলহনগে নঙসে
থম্মোই পাত্রদা হাপকে তৌনিঙবতা তৌন
তৌইগুম্বস্থং ঙৈহাক লৈরকপগা
থাজরক্ত্রুহনা অমুক্তা খল্লি
ঈশিংগী মশাগী ওইবা ফীরেপ করিস্থ লৈতে
কবিগীদি মতুগী আশা তৌরুগনি ?
নঙ ঐগী মরি-মতা, তোৎন-খোৎনবা
মপানথোংগী ঙৈহাকী লীলাদ কুম্মীবা
প্রেমিক-প্রেমিকাগী হুংশিবদি নত্তেদনা ?
অতুনা থম্মোই থোঙ হাংলগা থম্মী
নঙ লাক্কনি খংহনা তঙাইফদনা,
অতিয়াগী থাজ ইথাদ পন্নগা শান্নে।
পুন্সিবু পুন্সিনি কাউথোক্লকখি হুমিৎ অতু
মঙবু মংনি খংবা ঙয়ক্তবগুম,
থম্মোই চেক্লা পাইখি নঙগী লৈফমদা
চ্যোকশিন্না যুম পান্নরিববুস্থ গুমহৎলক্লিবা
অহিংগী অকুংবা অমম্বগী অচিকপা থুগায়হনা।

আশা ঐগী

আশা থাদোক্তে করিগুম্বদস্ু
নোঙগী মথক্তা নোংগৌবীনা
আশা থম্বগুম ,
স্মৃতি কয়া মচু শ'লবা লোইবী চীংগী
রাথল থুগায়র মোং হাত্রবা মীৎকুপকী
থশ্মোই ওইহল্লি অহাংবগী অহাংবা ।

লশিং মফোলগুম্লবা হকচাংনা থেংলকপদা
মংকাউরক্তুনা
তনিক্লবা থাবল ঈপোমদা তাউরকই
অশিবগী মচুনি হায়বা অমা লৈতবাগুম্না ,
শক্তিগী মমিত্ত তরং লাঈজান
করিগুম্বদস্ু হর'ওনা জগোই শারকই ।

মংলানচানগী রাথল ঈরাংমদা
নঙবু থীব ফংথিদে হায়বগী
স্মৃতি থম্লগা য়াম্না অ'চিকপদা চংল্লিবনি
মুংশিববু ম চং-মচেৎ শেগায়রগা থন্নুংদা ।

নং করিগী লাক্কুনা হংলি ওসি, করি চানিংবা, করি থক্লিংবা মতম য়াম্না হৌখ্রে। হংবগী মতম হেন্দোকখ্রে।
ঐদি অশিবগী লম্বীদ চথৎলিবা কুমলৈনা হায়বত্তুনি হীংবগী মমি লৈত্রকা। অশিবগা লাক্ল-ফানত্তুনা লৈরিবা। ঈশিং য়োৎপা ওমদ্রে, খাংওমদ্রবা মৈচাক্কী চৈনাদ। হায়নিংব থরত্তস্থ লোন কায়রক্কুনা কনান খণ্ডবিদ্রে। কনানস্থ থৌশাবীদ্রে মীৎকী ঈরাং, থম্মোই বারোল। নওদি নহান লাক্লমখিদে, ঐনা চৌওগী তুরেল ওইরগা অফা-অপুন, য়াব-য়াদব থিদ নংতবু কওনিওত্নুনা থীরিগৈ নংদি লাকখিদে থম্মোইদা অথাব লিংজেনগা পোইননা পুন্সিবু নৌনা শেমগৎনিবদগী পুন্সি লোইনবী ওইনিওলিগৈ কয়াম্না থিক্লই নংগী আশাদ লম্বীগী মতুং ইন্দুনা পুন্সিগী চন্নিও তাত্রবত্তু ফীরেপ অমা লাকশিন্নবা। হৌজিক্কি চিনদা করিস্থ তাহল্লবা হোৎনবা ওমদে য়াম্না শোল্লবা, গতি লৈত্রবা, ফমদা তারিবা অনাবনি। মত্তুগী খুদোংচাবত্তু লৌনিওত্নুনা লাক্লম্মীবরা নং? শিরমদাইদতা মুওশিশন্নত্নুনা অচা-অথক থেত্নুনা থম্নবওম। মতমত্তুদা অনাবত্নুনা খোয়শাউনত্নুনা মশী শিত্থনা কপ্পী। মহাক্কী মত্তৌ তম্নত্নুনা কপমীন্নবা হৌনদে মতমত্তুগী। ইনাক্ত চংওক্কুনা থোইনা শোস্থহল্লগনু। নওগী নকমদা মুওশিবগী শরুক থুওবিবা ওম্নমদে হায়বগী ঐনা করিস্থ পিরমগে থদে। থন্দোকউ ঐদি মায়থীরবনি।

## নাপলদা

ঐবু ননাক্ত কৌশিল্লগনু
হুংশিবগী মমিঙদা শান্নবা পান্নগনু ।

তুম্লিঙ-তুম্লিঙ তৌই
তুম্বদি য়াদে
নোক্লিঙ-নোক্লিঙ তৌই
নোকপদি ঙমদে
অথাপ্পদা লৈরিবা অভিয়াগী মশাইগোন্দা
অশংবা মচুনা ইরিবা অরাম-থোরাঙব
অরেম্বদা মাংখিনি নাপলদা নোংমদি ।

কনানম্থ মমোন্দ
কিশন্দুনা থম্লবা নত্তে পুন্সিগী
মতমগী অহোংব লাকপদা মতুগী
মতম অতু লেনখিনবগী
হুংঙাইনবা হোৎনবা ঙাক্তনি ।

শ্মৃতিগী থয়্ৰুংদা

থবাইগী মরোল লৈ, বা ভাংই।  ম্নায়া মুংশি, মুংনাংহল্লি।
অফ-ফত্ত. অৱা-মুংঙাইগী ফংফম থোকপা করিম্মুদি নত্তে।
ঐ নত্তুনা অত্তোপ্পা কনাবু মুংশিদবদগী লুনা ত্তৌবিদে।
যত্ন লৌই ঐগীত ওইনা লৈননবা, মথম্মোইদা থাগোয়৷
মতম কম্মাগীম্মু ভায়বীদে মীংকুপ অমত্ত
মহাক্লা ত্তুমিন লেপ্তুনা লাকপা ভায়বগুম য়ুমলৈম্মা ওইনা,
মতমগী খোংলৈদা করিগুম্বা থব থংলকপদা
থীন্দনা ত্তমথোকই, কনা থংথিদনবা নাশোল্লা
অত্তৈ কনানম্মু থংদে মহুগুম্লবা ত্তুৱেল সমুদ্রগী মরোল।
ফোংডমদ্রবা থম্মোই মৈচাক মহাক্লা থংই হায়বগী
অহিংগী অমম্বদম্মু মাঙ থায়, অকিব মফম লাম্মোকই
মতম খুদিংদা বাথলনা মৱাঙ হৌরিবা মফমত্তুগীদমক।
মহাক্কী ঈশৈ ম্মুরনা থম্মোইদা খোম্মাঙ হাপ্লকই।
মুংঙাইহল্লক্তুনা অনৌব লিংজেল্লা মতুং ইম্লবা হোৎনৈ।
কাউথোক্লকই অৱা-অনাগী মৈশাপুম্বা।
ইথম্মা লৈবগী খুদোংচাব ফংভকপদা
হকচাংগী শীংলি খুদিংমক্তা লোৎথিবা ম্মৃতিনা
বারী ওইনা মথং-মথং লীব হৌরকই ··  ।

## থাংমৈবগী মৈতাল

অমম্বা কোকহনলম্বা থাংমৈ
পিরুবা মৈতালদা চাকই মৈরি
মাম্না মায়ক্কবগুম অহিংচুম্বা……

মুংথ্রুনি অত্তুম্মক
করিগুম্বা মতম অমদা
মীৎকুপ থবগী মতুং ওইরপ্পা
শিনিংদনা শিথিব মীগুম্না
লোইনা লংথোক্লম্মগা……

মসি মাগী করম্বুগী নাপললনো ?

থাপ্পবা

অহিং অচু লৈচিন্না চোংশবাযক্তদা নংনা
নথম্মোই থন্না হাপচিনখিবনি
নিক-নিক লাউরবা থাবল ঈপোম ।
রাখল সমুদ্রদা তাউরকখি নংগী প্রেম
স্বর্গগী পরিজাত লৈরাংন মশাদু য়োমশিল্লগা
মতুগী স্মৃতিদা বেবিলোনগী লৈকোন্দা শাৎলকখি
রাখল মুন্থহল্লবা মতম চাদবা লৈরাং
চিৱান অনি থক-থক নিক্লকখি
নংগী নথম্মোইগী অশাব স্বোর ফংবদা
উংতুনা লৈখি ইমোন ঈরোন্নুংদা লুপ্লগা ।
থল্লম্মী কয়ারক হন্না
হান্নগী মণ্ডলান্দ অমুক লুপ্লগে
তোইগুম্বম্নুং মী অশিব কু চনফমদগী
লমহুইগী মথোলদা মও ঙসিস্থ লম্মাংনরি ।
মীৎকী পীনা মহুবু শোকঙমদ্রিবা করিগীনো ?
কামদেবগী শাপন্দা কায়গদবা অতৈ কয়ানিগনো ?
ঐখোই অনিগী মরক্তা থাপ্পবগী
চাউনা থারিবা ফল্লাং অসিবু
করম্বা মতমদনো থুগায়গদৌরিবা ?

থম্মোইগী মীকপ

ওরাং নো ঙাল্লমদাই নঙ লাক্লম্মী
লেঙথনরগা চংথি
শাউরম্নু কৈদোগে নমিং পাঙথোক্তুনা য়েংলোনে
নুঙগী মুর্ত্তি শাদুনা অতৈ কয়ানিগনো ?
কবিতাগী ছন্দদা য়াউবা স্বর্গগী মুংঙাইবদো
শিল্পীগী অরাংব রাথলগী
তোপ-তোপ্পা পৃথিবী অমদনি ।
অহিঙ নোঙজাই মতুঙ
কবিতাগী মরূ হুল্লকপা মতমদা
থম্মোই শুমহৎপা পরেঙশিংদুনা
ঙৈহাক লৈত্ত চম্ময়হল্লি
মপান নাইদ্রবা মুংঙাইবগী সমুদ্রদা
খোঙ থাঙজিন্দুনা ।
পৃথিথকী মীনি ঐদি
পোকপা-শিব লৈমায়থক্তনি
থম্মোই মীকপকী খোম্থোক তায় পৃথিবীতনা
অদুনা নঙনসু খঙদবনি
থম্মোইগী থোঙনাউ কয়িগী হাঙদোক্তুনা লৈয়িবা ?

পুন্সি : মঙ

শরুংকী থাবল ঈপোমগুম্না ফজরবা
পাণ কোংতাং থৈরবা মচিন্বাম্ন
শুমহৎলম্মী ফীরেপচাত্রবা থরাই হকচাং।
কল্পতরুগুম্না থম্মোই য়েংশিল্লগা
কাউহল্লম্মী ফজবদগী হেক্তা থাজবা ওমহন্বতু।
ইনাক্তা ওইরবোই থল্লি থিরুরদি ফংদে
অতুম্মকপু ইমোম্নদি থাজদে
মূর্ত্তিতুগী বিসর্জনা তৌগদবা মুমিৎ থিব ফংদে।
সমুদ্রদা ঈরিক অমা তাথিবগুম্নবা
মুংঙাইবা আশাগী প্রেরণা
তথক তথক্লকই মোংফমগী লৈনম্না শুমহত্তুনা।

অতিয়া নোংনা কুপশিন্দুনা মমহল্লকই
মৰা হুল্লকপগী লায়না চেল্লবা কল্পনাবু
লোম্না ফুক্তোক্তুনা লংথোকদগী।

তৌইগুম্বসুং মতম অত্নমক্তদস্ত
থম্মোই অতিয়াগী থরান ঙান্দুনা লৈরম্মী।

অমুক্তং পাউমেন্ননিংহ্নবা

কনাগুম্বা অমা উন্ননিংবদগী
অহিংচুপ্পা ভায়রিবনি
মাস্থ খংই ওসি ঐগী
পাম্বোম অনি কায়ক্তা নোকনি ।
মতম লেপ্তুনা লৈতে
চংখি তপ্পা তপ্পা অহুম্মক
অচিকপগী মতম্বাক্তা
কবিতাগী অনৌব ছন্দ পোক্লকই
মতমহুদা পৃথিবী
কাং-খুং চায়বগী মনিলনা নিল্লকখি ।
নোংমৈ গুলিগী মখোলনা
অতিয়া, স্নুংশিৎ পংথরকখি
মীৎকুপ থরগী মতুং
অমুকা তুমথখিরম্মী ।
ঐদি করিস্থ খংলমদে
ঙৈহাক্কী মমাং
মহাক লানদা মায়থীথরে হায়বা ।
মহুগী ভায়রুবনি অমুক্তং পাউমেন্ননিংহ্নবা ।

মৈঙাললগী মমি ফাউবা লৈরক্লবস্ু
ঐনা নংবুদি উবা ফংগনি
খোঙনা অহুম্মক চৎখিহুনা লাম্থোকখিনি
অমোৎপা মচেৎ পক্লবা তিংথৌমরক ।
থম্মোইদ অহুক্কী খোর হোল্লিমথৈ
থনফম খংদ্রস্থ চৎপনা ইথৌ ওইগনি
করিনা হায়ববু নংঙোন্দা ঐনা পীনিংঙম্বহু
নংনস্থ ঐঙোন্দগী অহুক্কী লৌনিংঙম্বহু
হৌজিকস্থ ঐগী থম্মোইদা লোত্তুনা লৈরি
নংনা পুখিবহুদগী য়াম্না মমল লৈরবা ।
নংগী ঐগী অলোম্বা লোন কনান খংদে
মহুনা নৃঙগুম্লবা থম্মোইদস্থ লৈ শাৎলি
মহুগী লৈনমদা ঐদি ঙাউরিবনি ।
নঙনা তৌগদবা হায়ববু নথম্মোইদা
ঐগীদমক তোপ-তোপ্না
কনা তিন্নদ লৈফম থাক্কুনা থম্বনি ।
নংগী ঐগী মরোমদোমগী ওইনা
শিগনি হায়বা করিস্থ লৈতে
অহুনা খুত্তা করিস্থ য়াউদা
খোঙদস্থ করি অমত্ত পক্তা ঙায়রিবনি ।

আশাগী খাংপোকশং

লিংরিক হোত্রবা অতিয়া থুগায়রগা
স্নাম্না মথাদ কুমথরক্লিবোই নংদি
ঝন-ঝন লাউবা নুপুর খোঞ্জেলনা
হৌদোরক্লি ৱাক্তরক্লবা পৃথিবী ।
সনা অহিংবগী থোরীনা কম্না পুনশিল্লকই
মপান নাইদ্রবা প্রেম
অতিয়া অমসুং পৃথিবীগী, নং ঐগী ।
মালংবগী লাং থদহলগা
থুগায়রকই লম্বীগী অচিকপা,
পৃথিবীগী মথম্মোই হোংহোক্লগা
লৈফম খংহল্লক্তে উকুলগী চীঙ
অতুগী নোক্লি মীংয়েং থাদ পুন্দুনা থল্লিবা ।
কনান খংই অঙাং ওইরিঙৈ
ঈথক্রুম পায়থুনা শান্নবা চেক্লাগী মরক্তা
নংগী নুংশিবগী স্মৃতি অদুসু মাংলকখিনি,
নায়ক-শিংলকী শুমহৎলকপদা
স্বর্গগী নুংঙাইবা লংথোক্লম্লগা
হৌনাউ পুন্দ্রবা হৌগুম পৃথিবীদা নোংনা
মযুম লিংঙকপাগুম্না ।

ঐদি য়াম্না নুংঙাইনা লৈরি

ঐ থ'ই নং লাকনি চুমথ্রিংগী লম্বী মতুং ইন্না
কয়াম্মগী নোং-নুংশিৎ লাক্কুনস্তু অয়ো নাহেত্থনস্তু।
থম্মোই অতিয়াদ চেক্লা অনিগী মশা শাথপ্নরকপদি
সোরারেনগী নো'খোঙ রাংমা লাম্না
অঙোপ্পা অনৌব অমগী লৈকম থিব চৎপনি।
মতম হৌখি মীৎকা-মীৎকা চান্নরম্নগা
মতুং কোয়ঈন-ঈমৈ অতিয়া অমস্তুং পৃথিবী
লৈবাক অমস্তুং মী, মীওইবা অমস্তুং মলেমগুম্না
কৈদৌঙৈদস্তু তোঙান-তোঙাম্বা ফিভমদা উবা ফংদে।
তৌইগুম্বস্তুং নংদি
মশক থংহৌদবা খোঙথাংগী খোঙ্গুলশিংদো
অহিং লেল্লকপা মঙগুম্না মুথৎখিন্নু
অতিয়া লায়িংবা থীক্লেম্বা নোঙ
হৌজিকস্তু স্মৃতিগী শারঙ মনুংদা পায়রি।
শক থংদবা, মশক লাকঙমদবা
অনৌব পৃথিবী অমগী মঙ মঙবগীদমক
নং করিগুম্বদস্তু
মারথীরে হায়দোক্লুগনু পুন্সিগী মফমদা
ঐ য়াম্না নুংঙাইনা লৈরিবনি নংগী রাথলদা।

নোনজবা

অাদগী অঙাউবা অহুঙুন্না থম্রবনি অমুকা
ঐবু কোনশিল্লু অমুক্কদি
নতম্বাক্তা পম্মু অয়োইবগী ওইনা
নোংথকরোমদা য়েংথক্তুনা নমোন চংনা।
অশিবগুম তাদুনা লৈরিবা হকচাঙদ
নঙগী মুঙশিবগী
মপু ওইঙম্বগী অধিকার অদু পিরকউ
নোং মরক্তস্থ থিরক্রবা শংবান্নবগী ফজবদু।
কবিতাগী লোনশিংস্থ পুন্সিগীদমক ওইহল্লু
নঙগী অলোনবা সমুদ্রগী মপানদা
নৌন অমুক হন্না তাব ফঙনবা মাঙগ্রবা স্থর।
ফংখিদবগী অমুতাপা থম্মোই থল্লক্লসনু
হকচাংগী মনুঙ মপানদা
ঈশ্বিক কয়া তিন্নরগা
শেয়্নসনু অনৌব লাংজেন অখাব।
শীঙনাইরবা সিঁডিদা খোঙ থয়্নগা
কয়ান্নগী থক-থক নিক্লা থাংলকপা মৈশানি,
নং তপ্না তপ্না ইনাক্তা চংশিল্লকউ
কনানস্থ মনা থমহুনা তাখিদনবা অশিবগী মীকপ।

মহুগী মতমদা

মশিং লাকওমদ্রবা লমচৎপগী খোঙ্গুল মরক্তা
নংগী খোংথাংগী শক থংলবা খোঙ্গুল য়াওরকই ,
শিংথাওমদ্রবা মীৎকুপকী হয়াওবগী শউমদা
নংগী তুমিন থাংলকপগী খৌরাংব অফা-অপুন্নরকই।
নংদি স্বর্গগী অপসরা মেনকানি
নংদি লমচৎপা কাংবুগী খৌরাংব কোকহন্বা ওস্বীনি
নংদি থম্মোই অতিয়াগী ধ্রুবতারানি
নংদি অশিববু জয় তৌব ওস্বা মৃত্যুঞ্জয়নি।
কবিতাগী ছন্দ খুদিংদা নংগী
তারক্লি অরা-মৈশা লাংলবা ঈশৈ স্বর
থম্মোইগী অথুপ্পা কাদম্ব ঐগী
লোৎলক্লি কাম্নদ্রবা থরইগী মতু শোল্লবা পীরাং।
নং চথৎকদবনি নোংপোক মায়কৈ তম্না
চীংথৈ ফীহুপকী মংলান থুগাইর-থুগাইরক্তনা
ঐনা চৎখিগনি লোংচুপ হারম পাংবদা
মুমিৎ তাখিবগী অমম্বদা ককওাউনহুনা।
ওইথোক্তবগী থোম্মোক তারক্লবদি ননাকোংদা
নংম্ভু জগোই খুৎথেক হাপ্লু পুংলোনগী মতুং ইন্না
অরাম-খৌরাংবগী মৈচাক্লা দিহেদা কোনশিল্লক্লবদি
নোক্লা-নাক্লা লোইনা য়ান্ননবা হোৎনসি মহুগী মতমদা।

## মনালিশা

মনালিশা ! ইনাক্তা চংশিল্লকউ
থম্মোই অনিথোক্না থুপায়রগনু ।
কদাইদম্বু চৎখিন্নু ইদোম লংথোক্লম্লগা
নং লৈত্রবদা পৃথিবী অসে
য়াম্না পিকশল্লকই
তপ্না তপ্না কোয়শিল্লকই
ফংঙাগুম্লবা অহিঙ
থম্মোই অতিয়াদ অমুক
থিব ফংঙক্তে শংবান্নরবা মচু
অশুম্না থুংলৈ অহাংবগী অহাংবা ।
মুংশিবনা থলহল্লকই পুক অসে
লৈহম্লিংঙকই নঙবু ইনাক্তা
ভোইগুম্বমুং মুংশি-মুঙওলগী খোম্থাঙ
লোংলকথি য়াম্না রাংলবা থম্মোইদা ।
মনা ? নঙগী মীৎলু অনিদা লোৎপা
মুংশিবগী স্মৃতি
মথুৎ অনি লোন্নর চঙজরক্লি ।
অথোৎপগী চিম্বান্দা চিম্বান্না থেংলকপদা
থক-থক নিক্লসনু
পৃথিবী ঐগী ·· ।

থা তাখরে, অতবু ঈচিক ছুন্দ্রি, কাক খোঙদ্রি, মঙদি মংজি
ইনাক্না তুমতুনা লৈ তু'রল, মশাদ থিকথৈ লৈচিন
তাতুমক্তদা অরাব খঙদবামক্লি "শর'কী অযুক"।
অসিগুম্নবা অযুক অমদা শাগংথি তাজমহল প্রেমগী সাক্ষী
মুংশিনখিবা ম'খাই অনিগী মোংক্ষমনি থঙননা।
ঙসি নঙগী নচিম্বান্দগী মুল্লকখি প্রেম
অথেংবা অহিং মীকপ থোক্লক্তুনা থিকই নথম্মোইগী লিক্লা
অৱা মৈচাক্লা ফুম্বংনতুনা থুগায়কই স্মৃতি
হল্লগে খল্লি স্মৃতি য়াউদ্রবা অমম্বগী মনাক ওইরপ্না।
য়াম্না রামনখিতুনা, কুপশেং শেগায়রগা
লং'থোকখিনবগী অধিকার মাংহল্লকখি
মুংখিল হৌখি, অহিঙ লাকই অমুকশু হল্লকই মুংখিল
মতুগী স্মৃতি য়াউরক্তবতুদা ইথম্বা লুপহনখিব ঙমদে।
থম্মোইগী মালংবা চেংহী শয়াঙ মরক্তা লোৎনিংই
মঙনা বাস্তব ওইরম্নবদি অৱাবদা মুংঙাইবা ফংলমগনি।
পিক্লবা তু'রল অমগী মথম্মোইদা অঙাংগী মীনোকুম
লোইনা লংথোক্লগা লাপ্না চৎথ্রবা
থম্মোইগী পিক্লবা তুরেলদো
নঙগী থম্মোই সমক্রদা তিনখিদুনা অমত্ত ওইখরে।

## নঙগীদমক

নঙগীদমক শারুবনি খা'পোকশং
লোইনা তুংওইনরগা
লংথোক্তুনা চৎখরে নংদি
মোংকম ওইহৌরে থম্মোই নিকুঞ্জবন।
তঙ তাত্রবা ইমোনগী
চরা৲নরবা থরাইদা ঈথক ঈহৌরকই,
নীংগী মীৎকুপ খুদিং ভাউরক্তুনা
ভিক্ষানিব শার কোইনা চৎলি
নংবু ফংগনি খন্দুনা,
য়াম্নাসু লিকশল্লুই,
তৌইগুম্বসুং
অরেম্বা ওইরক্লে নিংঙকপা আশা
মৈ ওইর চাকখৎলক্লে
মমৈ মকোক থুংনা
কান্নত্রবগী মৈরিক্লা লামখিত্নুনা।
পুন্সগী কল্লনা ঐগী
নোল্লুকপা তারকখি ইথং থংহৌদ
মতুশিংহু নংগীদমক্তনি
নগীদমক নংগী · নগী ·· ।

সন্ধ্যা অমদা মং অমা

সন্ধ্যারাইরম ওইরকপগা কোয়বা চৎলি খোংনা
ঐগা লোইনৈ ঐগী অঙাং মেম্মাচাউবী
ভমম্নুং মাগী মমা যমুনা
মখুৎ অনী শমত্থনা পুজম্মী ঐখোই অনীনা
মেম্মাচাউবীনা হংই— "পাবুঙ মীশিংশে কদাই চৎলিনো" ?
মমান নোক্তুনা খুম্মী— "কদাইদা ওইনি ময়ুদনিদনা ।"
খর চৎলগা ইথাদ পমথৎলি মেম্মাচাউবীবু
জেট প্লেন অমা কোকতোন লান্না পায়খি
পৃথি ফুক্কদবগুম ভুং-ভুং ভংই ,
তৈহাক্নী মতুং বোমা পোকথাইখিত্থনা নিল্লকখি ।

তুম্লিবা মেম্মাচাউবীবু হোদোকপা ঙম্নকখিদে
ডাক্তর লাকপগা মথরাই য়াউদরে হায়রকই ।
মখোল অত্থবু করিস্থ লৈতনা খন্দোকপা ঙমখিদরে
অঙাং নরা ওইরিবী পাপ চেন্দ্রিবী মহাক্না ।
কপমন্নদা খোঁরি কংঙকখি
থোজালহৈবা মহাকমক্নী নোঙদমখোলনি
অত্থৎ-অথম লৈত শিস্থরকখি মমাগী মীৎনু পীরাং ।

মতুগী ফজরবা অহিং

পিদিং পিদিং তাব নোংলিকী
অতুগুমবা ফজরবা অহিং
লাইটপোষ্টকী মমিগুম উরকই
কনাগীনো লৌনবা মূর্তি অমা।
হুইগী খোঞ্জেল, খোংগ্রুপকী মখোল
পিক্লবা কা অমদা লোৎলকখি
চৎপদা হুংডাইবগী খোংথাংসু
মাংলকখি অসুম অসুম তপ্পা তপ্পা।
অহিংগী থম্বাল শাংলকখি মতমচাদনা
ঈশৈগী ছন্দ খুদিংমক্তা অর্থ চেল্লি
থংহৌদনা মংফাউরকখি ঐগী
কান্নরবগী মৈরিক চোংশিল্লক্তুনা
পুন্সিগী অরোইবদা য়ুংলিবা উচুক
মিৎতা শং-শং উরকই
মমিংনা "অশিবা" হায়না খংনরবা
মীওই পুন্সিগী,

মতুগী ফজরবা অহিং
মতুমকী তানজা অতুমক্তদা...... ।

রিয়াদা তোংখত্তুনা ইঙ্গিত তৌবগা পুন্নুনা চৎলম্মী
অচৌ-মচা গলি কয়াগী লম্বী লাম্থোক্লগা
অথংবা লম্বী ফংঙকখি ঙাউরি-ফৈরি চখৎলিবৈ ।
অথাপ্পদা কনানো অমা ঈশৈ শক্লকই
নীংথিজরবী মায়থোংগী মকা লামহন্বা ঙম্বা স্থরনি
ঈশৈগী ময়েকা চাংদম্বা য়ারবা মথোংকায়ক্লিবীগী মথম্মোইনি
য়ুমপান্নরবা কাংবুগী মমৌন্দস্থ থুক লাউবা পোকহল্লি ।
উশিন্নদ হৌখ্ৰনা শুমহৎলকই চৎলিব মতমবু
তুমহুনা লৈরিবা মূর্ত্তিশিংহু মীয়োল্লবীনি
মমিৎ পাংহনা লৈরিবদি মীওইবা অমস্থং মওলানগী ঈচেলনি
শর্ত্ত খর অপাম্বা খরগী নুংঙাইরবা তাংফম
বসন্ত জগোই শারম্মী অহিঙগী অতিয়াদ
অহিঙচুপ্পা থবাক্তা হু কারম্মী
তপ্লি-তপ্লি মাঙ থাগৎলি ইমোন
মী কুংলবা মফমদগী অতিয়াগী চীংথোঙ বাংমদা ।
অহুমক্তদা শোক-পম্বা য়াদবগী মচুশিঙহু
লৈবাক্কী মচুদা তিনশম্বা ঙম্নমদে
হাৎতোক্লম্নগা চৎখিগদবগুম মওলানবু·········

মৃৎখ্ৰবা থাংমৈশিংহু অমুকা চাকখৎলকখিদরে········· ।

ওইনিংঙকপা

মতমগী থোংলৈদা
তপ্পা তপ্পা চৎথংলি পুন্সি
কাউথোরকই মচেৎ-মকায়গী স্মৃতি
ট্রাক্টা নম্থংলম্বা তিল কাংগী
অশিব মশাগুন্না।
থম্মোইদা মৈচাক হাপ্পী
চার হেল্ল থাংলকপগী মৈশান
মও মংই অশিবগী মোংফমদা
লাক্-ফান্নবদা রারক্লবা থম্মোই।

নিংশিংলকই অঙাং ওইরিবৈগী
মতুগী তুক্কচরবা মথোৎকারকপগী খুৎকো।

অতুনা মসিগী
থাংওমদ্রবা অনাবগী মখুত্তগী নাম্থোক্লবা
অমুক্তা ওইনিংঙকই
মথোং মরি পাল্লবা
মতুগী পাপ চেন্দ্রিবা অঙাং নরা।

অমম-অঙান অমসুং ঐ

অনিরুদ্ধগুম্না মশক ফজরবা সোরারেন্দা মঙ মংই
উষাগুম্না প্রেমদা ভাউজরবী পৃথিবী মবুংঙো থিরকই
অতুনা চিত্রলেখাগী মগুন্না লৈতেংলবী স্মৃতি
লাইনিং চেংপদগী পৃথি শুমহৎপগী রূপ লৌরতুনা
অতিয়া অমসুং মলেমগী মথম্মোই অমত্ত ওইহল্লকই
লাঈজা তুরেলগী পাদোংনফম সমুদ্র ওইবগুম্না ।
কালেনগী নুমিৎ য়ুংলকপগী লম্বীগুম্লকথি পৃথিবী
মশাদ ঈথক্কী জগোয় শারকই নিংব থুংঙকপদগী
বর্ষাগী ঈশিং ঈচাউরকপাগুম্লকই নাপল কারক্কুনা
মথম্মোইদা ফুইনা হোম্বা স্বোরগী শারি শারিবা ঈনিল
কুইনদগী রাশক-রারেপ্লক্লবা প্রেমগী লেংদ্রবা খুদমগুম্না ।
প্রকৃতিগী ফীভম হোংই মতম-মতমদা খুৎশেম অমাগুম
মৈখুদৈ নোং, নুংশিত্তে নোঙৌল-নুঙশিৎ, অক্নিঙদৈ অয়ুক
অস্থমতৌনা হোংফদনা চৎনরক্লবা চৎনরোলদা ।
মতুমক্তদা মমঙ হান্নগুদৈ থোইনা ফজরবা লৈচিল্লকী লৈকোলদা
লেনগুম তুমশিল্লকই থম্মোই লায়ুম মশাগ মশাগ থেংনবদা
মথোইগী মরোল নুমিৎ-থা নত্ত কনানস্থ থংনদে
অতু নত্রগা তাইবংপান্বগী অমম-অঙান মরক্তা
অঙাং নরা ওইরিবৈগী চাকথোংবী শান্নবনি ।

## ৱাংমা ৱাংমা

থরম্ব খংবা থরম্ব খংদবা
থ্রুক-থ্রুক কংলবা চিন্থান অনিদা
য়াম্না আশা থম্নিংবগী মমি তায় ।
মতুগী খুৎফম্না ইমোন থরক চিলহল্লি
হকচাং ময়েং তারকই
ঈথং খংহৌদনা
মীরাঙ মহুমদা অহিঙচুপ্পা থুরকপগী
চৎঙমদ্রবা মৃত্তিগুম ।

স্মৃতিগী নৃঙজেংদা
কয়াম্নগী থাবল ঈপোমগী মৈখু
চুশন্দুনা লৈরি ,
লাপ্পা চেন্থহন্নিংই
লৈরায় ফক্তুনা পুব ঙম্লিবা ঈচেল
সমুদ্রদা তিন্দুনা লৈখিনবা ।

মীৎ অনিদা খুদোংথীব নংঙকই
তীর্থ যাত্রীগী মী ঈন্নবা মরক্তা য়াউরকই
ঐথোই অনিগী চিন্থান চিন্থান থেংনবদা ।

হৌজিক্কী মতমসিদা

ঐ.ঙান্দা রাথী পুল্লম্বা তথোংলবা মখুং অহু
থিব অমুক ফংখিদরে ঙসি ।
থাজব ঙমন্ত্রবগী মমিৎ পাংত্রবা লম্বীদা চৎত্তুনা
লাইর-অন গী ঈ-গী তুরেল লান্থোকপা ঙমদে হায়বগী
থক-থক নিক্লা থা.ঙ থ.ম্মাই, ফ.বগী কিবদা ।
মীওইবগী ঈ-গী তৌবিমল মীওইবনা পীব ঙল্লোইদ্রনে ?
মীতোপ খন্বগী ফত্রবা তিল থোপ্তা চংখিহুনা
পৃথিবীদগী য়াম্না অথাপ্পদা লৈনবগুম খন্দোকনৈ ।
মহুগীনি ঐনা চীংনরক্লিবা মাবু করিগুম্বদা ফংলরোইদ্রা ?
মফম মরাং থংহৌদ হকাম চল্লকই ফুম্বংনরক্তুনা ।
ঐ থংই মহাক মীতোপনি
মশক নাইধা মীওই অমতংগতদি থংই মহুগী পাউ
মহাক্না লৌনম তৌদ্রদি কনাগীম্বু মতিক লৈতে ফাবগী ।
খল্লিবনি লম্বীগী মতুং চত্তুনা থিবদা
তাইবংমীনা তাইবংমীদা শোইদনা মতেং খর পিরকনি
মীওইবগীদমক মীম্বু শি উত্তুনা চংশিন্নরকনি ।

কবিগী শৈরেংদা নীংঙমদবগী স্থুর য়াউরক্তি, ফাউবা
কনানম্বু মমল থম্নরক্লরোই মীওইবগী
মীওইবনা মীওইববু করম হায়না শা-রাক শান্নরিবা ?

পুন্সিগী বৃত্তদা

নোংলৈ-নুংশিং লাকই
ঈথক ঈপোম অমুক হন্থখি
অস্মুম্না
লেপ্তনা লৈহনা লৈ পৃথিবীদা ।
পুন্সি—
মতুগী বৃত্তগী বিন্দুনি
হৌরকফমগী মফমতু
পোকপা শিবগী শিংথাফমনি ।
মীওইবা লাকই মীগী মী ওইনা
শাগৈ-জাৎ থাঈরকপা নত্তে
অথম্বনা থারকপস্থু নত্তে
কর্ম্মনা তাক্লবনি
মশা'গী অশেংবা পরিচয়
লৈহৌগনি মতুশিংহুগী স্মৃতি ।
অহিং সুংথিশগী য়াম্না নক্লবগুম
অরা-নুংঙাইগী মরি-মতাস্থু অতুগুম্বনি ।

চিত্রগুপ্তগী ছবিদা অলানবা মচেৎ পক্তে
শোইদনা চাকথৎলক্লনি নোংমদি
অশিবগী মোংফমদা মৈরি ।

## লম্বীগী লৌনম লাংদ

কনা কনা লৈবগে থর মাং চিংজম্মু কৈদোগে ঐবু
থুং শমত্থনা থিন্দোক্লদি অত্থম চংথিনি লাপ্পা
ঐদি করি অমতা উরক্তরে ইমিং অসিনা
মকুগুম্না ওইরক্লে অযুক নুংথিলমক্তদসু ।
কোকথক্তা য়াম্থরকই সোরারেন
য়াম্থরকই থরাম্মীচাক্কী শেংফাত্রবা মীরেন
করিগুম্বদসু মও কায়রকই অমম্বদা
থোংগংনবা হোংনকই কোকথোং মহাক্কী মথম্মোইদা ।
আশা লৈরম্মী থর, তমথোক্লুদে কনাদ
লংথোকখিগেসু থল্লুদে অত্থম্মক অরেম্বদা
থুত্থম চেংনা পায়শিন্দুনা লো-লকপদা
মাংখিগে তৌরক্লে ফত্রবা অপুম-অশাগী মরক্তা ।
ঐবু অমুক্তা লম্বীত্থ তাকপীযু কৈদোগে "নংবু"
লোং- লোত্তুনা তুমিন চুমত্রিং চংখিগে ।
মথোই পুম্নামক্লা কাউথোরথরে মত্থগী যুম
নোংমা ওইরম্বা যুমলোন্নবা শাইজিনগা শাইজিনগা মথোইগী
অরাবগী লমকোন্বা অসুম অসুম হেনগংলক্লি ওসি
শংবান্নরবা নাপী মকাগী লমলেম্বুংসিদা
কয়ান্নগী লৈনাং থক্লবনি লম্বীগী লৌনম লাংদ থুত্থনা ।

মপান নাইত্রবগী সমুত্রদা

থাজপা কেকোৎলোংগী শারৈ নোং
হজিন হজিন চুপ্লকই মক্ষম-মরাঙ থঙদ
থরাম্মীচাকশিংদি তঙ তাদে,
ওলাং ঙমচাক্লৈ।
লিরি লিরি হুম্বা মালংবনা
থম্মোই শুমহৎপা সুরগী খোম্বাং হাপ্লকই
পৃথিবীগী অমম্বা মরক্তা।

তুরেলগুম্না চেম্বখরে
সোরারেন চীঙখোঙগী নোঙ
মপান নাইত্রবা পৃথিবীগী
লাঙ্গোল জোংলে তাদ্রিবা লৈকংথক্তা।

মুংঙাইনা লৈ. হরাও মোমোন তৌরৈ
পৃথিবীগী শিকংনরব মথম্মোই,
মপান নাইত্রবগী সমুত্রদা
মীৎলু ঈরা হৈথরগা…… ।

অশিবগী মনাক্তা ঐ

মী ময়াংমগী মরক্তা ইদোম
          য়েঙলিবনি
নোংগৌবীগুম ঈশিঙ খুজোক অমগীদমক।
অশিবনা মীওইববু কৈদৌঙৈ
          কৌদ্রনা পুজমদে
মীওইবতনা মতুংদা পরপ-পরপ তান্নে
মু শিবা, পুন্সিগী
অমৃতকুম্ভবা লৈপুম্না পুনশিন্দুনা
অফা-অপুন কয়াগী মশিঙ থিংঙমদ্রবগী মরক।
অযুক ঙন্তামক্তদা থোং নিক্লৃিবসে কনানো ?
মহাক্কী খোঙথাঙ মখোল তারগা চীঙননিংঙাই লৈরক্তে
শোইদনা অশিবগী লোনম্বা মৃত্তি ওইরিনি।
মীৎস্না থম্বাল অনীদা হোৎবগী শিংন শারবা স্মৃতি
          অস্থুম অস্থুম চংখোল্লকখি
অঙা ওইরিঙৈগী নাপলম্ব কদোমদনে। লোৎলকখি
খোঙ হাঙদোকপগা মীরবা স্থরদা হায়রকখি
"নংবু পুগে লাকপা নত্তে
          করিনো থর পিরমগে ত্তৌবনি।"

পুন্সিনি পুন্সি

তেন্না মপানগী অঙাংব মচুনা থম্মোই থুমহৎথরে
পুন্সিগী মংলানগুম্নবা ইমোন
নূঙ ওম্লকই থম্মোইগী ঈগা তিনশনখিত্নুনা
অতুদগী মাল·কথি
তঙুলগুম্না অহিংগী অমম্বা মরক্তা।
ৱায়কপগী কল্লবা মৈশান
তমখির থুৎলাই থারকই হকচাঙদ
মীংশেন অকায়বনা যুরকই ।
শিথরবা মুংশিং, মফি থোংরবা অতিয়া
মীৎ অনীগী ময়বা মীৎয়েং
খোঙ্গোক্কী অফ,-অপুন্নরবা, অপন-অথিং
অমম্বুং লৈরমদে তথকহন্বা, মুংশিহন্বা,
তোঁইগুম্বম্বুং চাকথেক্লকই
মতুগী মৈশান হকচাঙপুম্বা থুঙনা।
থংই, চৎপগী লম্বী থবা লৈরোই পুন্সিসিমগী
অতুমক্তদা কয়িগুম্বদা পঙথরকই, উইথরকই
মতুগী লোইনামক্তু কাউথোক্লবা
মীৎকুপ থরগীত ওইরম্নু তুম্বা
য়াম্না মথো তাবগুম থল্লকই করিগুম্বদম্নু ।

## ফুংশিবা থংদবগী মৈচাক

থংদে অমম্বনা করিগী লৈগুম্না কল্লক মীহৌবা উৎলিবা ?
মীরোল্লবীগুম ফুমিৎ যুংবনা করিগা হকচাংদ নারক শেম্লক্লিবা ?
চীঙ্খান পেথোক্কুনা খাংই তুকুংচরকপদগী, থম্মোই লাইমন্দগী
মীগী খনগুমদনা রাখলনা থিনগায়রকই হীংসাগী লৈয়োন
থম্মোইদা পোকহল্লি অনাব ।
কংঙাগুম্না থেক্কা-থেক নোংগা-নো চৎখি মৈচাক
হকচাংগী কাচিন অমদগী কাচিন অমদা
মচিন থোরবা রাখল, মমৈ-মকোক থংদবা মুংশাম্বোর
ঈশিংগী নুঙ জগোই, ঈথক্কী ঈরাওখোল, ককঙাউনরবা মূর্ত্তি
খোয়শাউনবা পোকহল্লকই মরক-মরক্তা।
চম্মন্নহল্লি থংঙমদনা, ঙমথংননা
পিক্ল পিক্লবা থাজ্ঞ ঙমদবা, তুকুংচবা, অকিবা
হকচাংদ মযুম লিংঙক্কুনা হুমাঙ শোহল্লকই
অকক্লনা পাম্বগী ইকায়থীগল্লবা মায়থোঙ লাঙশিল্লবী
নোঙগী শম্নামুক কুপ্লবা মরিক্লা
অফবা খনগুমদবা থাজদা নীংথমথাগী লৈচিনগুম কুপ্লকই।
অতুমক্কুদা য়ানিংবা উৎলক্কে পোলেপফম থংদবা উরিশিংচুনা
উজ্ঞাউগুম্না লেপ্লিবা মণা-মণিল নাইদ্রবা থম্মোইদা
থুগায়তুনতা চৎলি অমম্বগী মীহুংশি খঙদবা লীচৎ মরক্তা ।

## সুংশিরবী মহাক্কী আশা

অহিং ! নং ঙৈহাক্কুং ঙায়খো
ঐ অহুক শেম শাররকখিগে
পুন্সি লোইনবীগা অমুক্তুং পুকমেন-পাউমেন্নরকখিগে
শাপ চেন্দ্রিবা অঙাংশিংদো হৌজিকসু ইশি-শিন তুম্মি
হয়েং নোংঙাল্লকপগা খিররক্কনি ।
মমাগী মকমদা বাহং কয়া থাংগৎলক্কনি ।
মতুগী থেমজিন্নবা হোৎনরিবনি সুংশিরবী মহাকপু
যুমদগী থোকখৎলুদি উন্নরখিনি থাজদে
মসিগী উন্নরিবসিনা পুন্সি অসিগী অরোইবনি ।
নং মতম থরগা পিরকখো ঐঙোন্দা
অহিং লেনখিবগা মহাক কপ্পকনি
মতুগী মীকপ সুংশিত্তা তিনখিহুনা ফাউরকনি ।
মরূপ-মপাং লোইনা চৎথরে
হন্দক্লা ঐগী ভাংফমনি ।
ঙসি ঐগী মীৎলু অনীদ পীরাংনা থুমহৎলক্লে
অঙাংশিংসে মী ওইনবা শেম্বগী পাঙ্গল লৈখিদরে
অহুনা কন্নিনো থর পিরমগে তৌবনি
ভঙাইফদনা মথরাহ কম্লনবগী
য়ামত্রবদা চাক চথোম অমগী কন্নিঙুম্বা থর · · ।

## থম্মোইগী ঈশৈ পালা

লৈক্রক চৎলবা থম্মোইদা চাকথৎলক্লে মৈরি
ঈ থাংদ্রে, তায়ক্নেৎ তায়রবা উনশান কুপ্পা হকচাং
অতিয়া লাম্মকই মৈরিত্থগী মৈথুনা
শান্নরকই পুন্সিগা, সোয়ারেনগী চীঙখোঙ মপান ওইরপ্পা।
থম্মোই মৈচাক কোক্তিত্র, হৌজিকস্থ
খোন ফাম্বরক্লবা মীকপকী পীরাংদ লুপ্পী মীহুন
উইরি উইরি থাংলি লৈখোম-লৈনাং তৈরবা ঘৌবন
ঈ কংথত্রবগী অরা মৈশাদ ফ্রং-ফ্রং চোঙই
ঈশিঙ কংথত্রবা পুত্রীগী ঙাগুম্নবা থরাই।
পুন্সিগীদমক থর লোৎতুনা থম্নুবা
মৈঙালগী মৈরিক থর ঙাল্লম্বত্ত মুৎলকপা মতমদা
অহিং অত্থকী থেংজিল্লকখি
শেম শারুবা শোকেসগুম্না মীশিং থাংলম্মী মত্থগী মমি
তপ্পা তপ্পা ঈহৌরকখি মঙ থুগায়বা ঙম্বা শুমহৎল স্থর।
করিগুম্বা মতম অমদা ইথম্ভবু থলহল্লকই
পুন্সিগীদমক ঙাকপীয়ু হায়জরসিরা ?
অয়ুক অঙম্বগী লৈচিন মরক্তা কাকী লাম্বাউ তাদনবা
খোংগী উফুল মরক্তা শ্র-শ্র নৈথায়
মতম কৌবী লাইরেম্বীগী রাহৈ লৈয়োন চোংলকপা।

## মীরাংন শাগৎলি ঐগী কবিতা

অহিং তুমদনা শারম্মী মীরাংন
তনৌব ময়ুম
লোইফাত্রিবৈ মহুম লাংদ থুরকই
চেনঙমদ্রবা হয়িংখোয়
অশিনগুম লেংদনা তুমিন তুম্মী
অতুদগী—
পৃথিবীগী মীওইবাগুম্না
ঐগী কবিতা তাইবং মংফাউই।
মায়থীবকপগী য়ংনিংবা ষ্টৎপা নত্তে
থাজবা ঙমথিদবগী পোম্লকপা দাগনি
কপ্পা, পাঙ্গল হাপ্লবগী কৌব খোঞ্জেলনি।
হুংশিবগী পিক্লবা উচেকুম্লবগী মশা
বেবিলোনগী তরং লৈকোলগুম্লবা
প্রেমগী রারি-রাখোংনি
আগ্রাগী তাজমহলদা
স্মৃতিগী মীকপ মীরাওখোল তারি
"হুংশিবা লৈরম্মী মফমদুদা"।

মীরাং মহুমদা থুরম্বা হয়িংখোয়
ঐগী পৃথিবীনি

# অরোইবা রাহং

ঙরাং অলাম্বা শীঠুনা ফারকখিবা মীওই অতু মরাল লৈতবনি
খোঙ লম্বীদা তুমহুনা লৈরম্বনি চার কয়া হেল্লক্তুনা
মী কয়ান থাদোকপা পাম্মী, কয়াম্মনা পাম্মী শাস্তি পিবা।
থাংঙমহৃবা মৈচাক্না মথম্মোই থল্লত্তুনা হু ওইরক্লবনি
মায়কৈ সলায় থংদবা মমোম্না অত্যাচার তৌরক্লি
অতুমক্তদা মাগী চণ্ডালগুম্লবা অশাউবনা
লেমহৌরিবা মপুন্সিগী মায়োক্তা লেপ্পা ঙমদে
পৃথিবীগী মথম্মোইদগীতদি লাউরক্লি মুক্তিগী।
মমোন্দা তংতনা থলহল্লকই মীৎকুপ থরগী ঙায়রকপতু
চহী চা কয়াদগী হেন্না শাংন লেল্লকপা মতমগুম
মপুক পোকথাইরক্তুনা চায়থাইরকই পুন্সিগী খুদোল
মতমতুদ। পৃথিবীদা মশিং থিঙমদ্রবা অৱা-অনাগী

লৈথায় তাহন্নবগী রাহং কয়ানি—

"অঙাংগী হুমিংকী উৎসবতা অঙাং য়াওহন্দ্রিবা করিগীনো?
মমা ওইবীগী হুংশি মীকপনা করিগী অঙাংবু

হৌদোকপা ঙম্লদ্রিবনো ঙসিস্থ ?"

মতুগী থন্নুংদা মীংশেল কায়রকপগী হৌরবা মখোলদা
পুন্সিচুপ্পগী ওইনা তুমথখিরম্মী

ঈ-গী সমুদ্রগী অরোইবা সিঁড়িদা।

## অহিংসী মপান নাইত্রবা অময়ম্বদা

হুমিৎ তাম্রক্লে—মাগী মচু পৃথি শিন খুঙথরে
থায়নাগী লাইরিক্তা লৈশোী চাহুনা
মথবাই য়াউরক্তুবা ময়েক্লম
কৈঙমশংগী ফক্লাং য়ায়া ময়া থোরকই।
মতম কয়াগী, থৈচাক্তী কল্লবা শাকুনা
মুঙথিলগী অঙাহনা রা ভাংদবহু থুগায়রকই
অহাঙবগী অহাঙবঙাক্ত ওইহল্লকই।
হুমিৎ অহু উচেক্লা ঈশৈ শক্লম্মী ফক্লাঙহুদা তোঙহুন
মচিন্দা পুরক্লম্মী মহু কল্লবা নিঙশিঙ্গগী মীৎকুপ
ফাদোকতাব কাঙবুশিং ঈশৈহুদা ভাউরম্মী।
হৌজিক্তি উচেক্ত অহুমক তোংহুদা লৈরে
মচিন্দা অমুক হন্না ঈশৈ স্থর হাপ্পা ওয়ক্তরে
মহুগীদমক মীশিংহুম্মপি তৈথোক্তুনা য়েঙই
সোয়ারেয়া মপি শিহুরম্মী পৃথিথক্তা।
কেকোংলোংপী শাটৈ স্থরগী খোঙ্গাঙ
মহু কনানস্থু ভায়য়দে অময়বদা।
ফক্লাঙনা কোয়শিন্দুনা থম্মিনা মীওইশিংহু
নুঙগুম্নবা হকচাঙদগী মপান থোক্লকখি
অহিংগী মপান নাইত্রবা অময়ম্বদা।

অঙাংগী মীনোক্তা কায়রকখিবা থাজগী মকা লামত্রবা মূর্ত্তি
মৈনুংগী মৈথুগুম্না মচোয় মচোয় পায়রকই অমম্বগী মরক্তা
মাগী মমিৎ অনীদা চাক্লকই নারক্তা চাক্লকপা লাংমৈগুম
শাম্নৈ লৈমায়দগী উথক্তা, উথক্তগী মালংদা মশা তেক্লবা চরাঙগুম
ঙৈহাক লৈত ঙাংই—"তুরেল ঈচাউগুম অকিব লৈতনা হায়দোকউ
নমোন কলহল্লু মপান নাইত্রবা থোনাগী বীজ মন্ত্রনা"
হুঙথঙগী মখোলদা জগোই শারক্লিব। শিল্লীগী পুন্সিদা।
মথম্মোইনুংদা ঈশৈ শক্তুনা চীংদোন লানখিবা উচেক
হৌজিক্তি পায়বা ঙমদরে, মশা অনীমক তেকথরে
মৈচাক্কী ফক্লাংদা মরাইবক শুজিন্দুনা শিরিবা মীগুম্না,
নোঙগী ফীজি থদত্তুনা লৈমায়থক্তা থিকথরক্লিবা নোংলিক
পরেং লেংদুনা থম্লিবা ঈ-না ঙাংলবা স্মৃতি
লৈহাউ য়াউদবগুম মমিৎ অনী পুমঙাং ঙাংদুনা লৈরি।
তিনফাগুম্না ঈ চুপ্লকই থোরাঙলবা হীংচাবগুম্বনা
অসিগুম্লবা অরা-অনা কাউথোকপা পাম্মী অহিঙগী লিক্লা থক্তুনা
লিক্লাগী থোয়থুম্নবনা নারক্তদা চাক্তানিঙলিব। থোংগুল মুথৎলসমু
মতমত্তুদা মাঙলক্কনি অশিবগী ফজবা, লুনা তৌজরিবা মীৎ অনীনা।
ইশাগী ঘাটতা পুল্লম্বা রাকয়ৈ অত্থু লোঙ্গর থাদোক্লগে
থম্মোইনুংদা শরুগী পল থিঙলিবত্তু ইমোনদা নিংশিংলগা।



[পোকপা :— ১৩ই জানুৱারী ১৯[illegible] ইং।
অহান্বা নুমিৎ ১৮৬১ শকাব্দ
পোককম-ৱাপোকপী
কাপ্তানপুর। জিলা। কাছাড়
আসাম।]

মতমগী য়াওল মতুং ইন্না চহী কয়া মমাংদগী
সাহিত্যগী লৈকোলদা লৈশোন্নরকুবা কবিনি।
মৈতৈলোনদা লাইরিক তরেং ফোংবিথরে
বাংলালোনদা কাব্য অহুম পুথোকপীখ্রে
অসমীয়া লোন্দা ইৱ ৱারি মচা অমদি কবিতা
মেগাজিন খরদ ফোংদোকপীখিত্নুনা
সাহিত্যগী সেবাদ থৱাই য়াওবগী খুদম উৎপিরি
তরু-তরুনা অপাবশিংগা শক খংননবা হোৎনরি।
"ওমচারুবা মৈখু" কবি অসিমক্কী খুৎইদা
তনৌ-তনৌ তোপ-তোপ্পা মওং অমদা ইবা
গদ্য ছন্দদা লৈশাং তম্নকপা শৈরেং খুদোলনি
পাঠক খুদিংমক্কা শক খংনহন্নবা লাঙ্কোকচবনি।
তরাম তরাম নুংশি মীৎয়েং থম্বীরকুবদি
ফোংদোকুবা হোৎনজরকুবগী মতৈ য়ারল থগৎনি।

—অকোংব